২ শুবা ফোঙজবা

থিংবাইজম টুত্তেশ্বর

খ্বাই নাগা মপাল, আরঃ এমঃ সিঃ রোড, ইম্ফা

মখুম,

আরঃ কেঃ সিঃ এসঃ চিত্রালায়া

মখুমগী ব্লোক,

নোভেলটি

অহানবা নম্বা ঃ

১৯৮২ ইং কোপী ২৩০০



মমল লুপা ৫/-

---

মণিপুর সরকারনা অহোংবা মমলদা চে পিবিন্থনা ফোংজবনি

# মিকুপ লৌথোক লৌশিন

অইবা

থিংবাইজম শিতলচন্দ্র সিংহ

শিংজমৈ চিংঙা মথক ইম্ফাল, মণিপুর।




নৌরিবা [illegible]

অশেংবা পোংথাংচারি

শেমগৎলক্লিবশিংগী

মফমদা

ওঁ নমঃ পার্ব্বতে কান্তায়

মিন মেষ পোলে চৌধ (১৪)
স্বরষ বৃষ কুম্ভয়ঃ (১৬)
নক্রস্মুদে মিথুন্নৌসাৎ সপ্তা সপ্তদশ (৭। ১৭)
দ্বাবিংশ্চচাপ ধনু কর্কতে (২২)
উনত্রিংস্য অলি সিংহ (২৯)
ঐসে দৌলি চাস্টদশা (১৮)

রাজ মাদক্কেত বচনং ॥

# অপোক খুরুম্বা

ইঙা থাদ লন্নিবা
লাংবন থাদ মচানিজৰা
পোইন্নু থাদ পুন্সি নিজগদৌৰনি ॥

অইবা

# বাহৌদোক

মণিপুরী সমাজদা অফোঙবা অমা ওইনা খুদোল তমজবরকপা অনিশুবা লাইরিক্তি।

চহি অময়োমগী মমাংদা উরিপোক শোর্বোন থিঙেন কাত্রবম লৈকাইদা লৈবা ইয়াম্বা শ্রীঙাঙোম ইবোবী সিংহনা, চহি চা খরগী মমাংদা বাঙ্গালি ময়েক্কা লাথুপ্পা ইবা লাইরিক অমা পুথোরক্কুনা পাতুনা ঐবু তাহনখি। শুবিকানি, মীওইবগী মপোক মুমিংকি অফবা ফত্তবা কয়া য়াওবা খুৎই লাইরিক্তি। লাইরিক অতুদা ঐগী থরাই তাখি। লাইরিক অতুমক ছাপা নমতুনা ফোং-দোক্কবা হায়জখি, ইয়াম্বা অসিনস্ু য়াবিখি।

শোক ১৯৮১, ডিসেম্বরগী তাং ২৩, য়ুমশকৈশা মুমিত্তা ঐবু পোকপিরম্বা গুরুজি ৺ শিতলচন্দ্র লৈখিদ্রে। ইংরাজি, সংস্কৃত, বঙ্গালি, হিন্দিগী ছাপা নমলবা লাইরিক; মৈতৈগী ময়েক্কা ইবা মৈতৈগী খুৎই লাইরিক; মৈতৈলোন (মতমগী য়াওন মতুংইন্না মণিপুরী লোন হায়নরক্কবা) গী লাইরিক, ময়েক্কা বাঙ্গালি ময়েক্কা ইবা লাইরিক কয়ামরুম থমবিরমই। ঐনা থরাই তাজখিবা লাইরিক অতুমক্কি নোম্নাগী লাইরিক অসিমক থেংনজরুই।

লাইরিক অসি ফোংদোক্কবা হোৎনজরকপদা "লিরুং (ধনু)" বাশিগী মরমদা গুরুজিনা ইবিরম্বা চিৎথরমলে। নিংহন্নবা লৈতনা ঐনা হাওবমনরক ইরোম লৈকায়দা লৈবা শ্রীযুক্তা লৈহাউথাবম জাতিশ্বর শর্ম্মা, শাস্ত্রী, ভাগবত্তাচার্য্য, জ্যোতিষ সিদ্ধান্তগী মফমদা হায়জরুবদা হরাও হরাও য়াবিরক্কুনা লাইরিক অসি ফোংদোক-চবা ঙমজবনি। পুকচেল চাউবা ঐজ্ঞাগী মফমদা শিঙম্লরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে।

লাইব্রেরি অসিগী অচংবা চে পুন্নমক মণিপুর সরকারগী ইডুকেসন ডিপার্টমেন্টনা অহোংবা মমলগী চে পিবিদুনা ফোংজবনি। শ্রীহঞ্জবম গৌরচন্দ্রা শর্মা, ডিপুটি ডাইরেক্তর অমসুং ষ্টাফসকী মফমদা ইকাই খুম্নবা উচ্চরি। প্রেসনা তাল্লকপা চেবু মতম চানা ফংহনবি-বগীদমক মণিপুর হোলসেল কো-ওপরেটিভ সোসাইটি লিমিটেটকী শ্রীসমরেন্দ্র সিংহ, ডিপুটি জেনেরেল মেনেজর অমসুং য়াম্বুং নবদ্বিপ সিংহ, এসিষ্টেন্ট মেনেজরগী মফমদা তৌবিমল থংবা উচ্চরি।

মথুম য়েকপিবা য়াম্বুং চন্দ্রজিৎ সিংহ অমসুং মথুমগী ব্লোক শাবিবা নোভেলতিগী ইচিল ইনাওশিংবু থাগৎচরি।

অলোকা প্রিন্টর্স এণ্ড ষ্টেসনর্স প্রিন্টিং প্রেসকী থবক পূবিরি-বাশিংনা পোকমিন্নবা মচিল মনাও অমগুম্না থবাই য়াওনা কম্না হোৎ-নবিদুনা তেল্লবা মতম থরদা লাইব্রেরি অসি পুথোকপা ঙমজবগীদমক হন্না হন্না থাগৎচরি।

লাইব্রেরি অসিদা বনানগী নিংতম্বা থবা য়াওখরে, পাবিরিবা-শিংনা ঙাকপিহৈবা গুন্না ঙাকপিয়ু। মথংগী খুনমদা চুমথোকচবা ওম্বা অমসুং লাইব্রেরি অসি হেন্না চাওথোকহনবা ঙম্বগী পাঙ্গন পিনবিয়ু হায়দুনা ঈশ্বরগী মফমদা চংজরি।

ময়ামগী ননাই অফোঙবা
থিংবাইজম টুতেশ্বর
খুরাই নাগামপাল,
ইম্ফাল।

জুলাই ২৩, ১৯৮২
ইরাই হুম্মিং
থবান, মাকমৈ হুম্মি পানবা

# হিরম লমায়

# মিকুপ লৌথোক লৌশিন

## মীগী মশক মতৌ খংনরম

**মীওইবগী** পুক্নিংগী কারক্তি চন্দ্রনি, হকচাংগী কারক্না লগ্ননা ওই। মীওইবগী অতৈগা মান্নদবা মাতগী তোপ তোপ্পা অমা লৈ, মাদু লৈবনা মাবু মী অতৈদগী তোঙানবা অমা ওইনা খংলিবনি; মাদুবু মাগী ব্যক্তিত্ব কৌই। ব্যক্তিত্ব অসি মী খুদিংমক্তা অনি শুই, মদুদি:—

(১) **পুকচেলগী ব্যক্তিত্ব অমসুং**

(২) **হকচাংগী ব্যক্তিত্ব।**

অনিসিবু খংগে নিংলবদি মী অদুনা পোকপা মতমদা চন্দ্রনা লৈবা রাশিদগী পুকচেল খংই অমসুং মাগী লগ্নদগী হকচাংগী ব্যক্তিত্ব খংই। মাসিদা নিপা নুপীগী চপ মান্নে, নিপাগীসু নুপীগীসু পুকচেল চন্দ্রনা লৈবা রাশিনা তাকই অমসুং মশক্না লগ্ননা তাকই।

**নিপাগী পুকচেন্দি—** অফোংবা "হোই" য়াবা পুকচেলবু কৌই।

**নুপীগী পুকচেন্দি—** ফোংদবা "মাই" অসিনচিংবা য়াদববু কৌই।

নিপাগী রাশিদা পোকপা মীনা পুকচেন্দা ইফোং ফোংই, নুপীগী রাশিদা পোকপনা তশেং তশেংনা মপুক্লিং ফোংদোক্কে। নিপানা নিপাগী রাশিদা পোকপা অমসুং নুপীনা নুপীগী রাশিদা পোকপা মনাৎকী পুকচেল ওইনা ফজে। নুপীনা নিপাগী পুক-চেল চেনবদি মানা য়ুম্বানবা ফজরগা মনুংচেৎনা য়ুম্বানবা ঙমদে। নিপানা নুপীগী রাশিদা পোকপা য়ুম্বানবা চেৎকশিনলিদি হায়ববু মীনা মাগী য়ুম্বান অতুবু ফজে হায়নবা রাংলি। নিপানা নুপীদা অমসুং নুপীনা নিপাদা পোকপা অসি য়ুম্বানবা মীনা হায়রনৈ, "মখোইগী য়ুম্বান অসিদি ফনদি ফৈ অতুবু নিপা নুপী ইওন ওন্ন-বগুম তৌইদা"। নিপাদা পোকপা অনিনা য়ুম্বান্নববু মপান্দা ফজনা উবদি য়াই মনুংদি য়াওদে, মরা তৎলবা উগুমই। নুপীদা পোকপা অনিনা য়ুম্বানবা য়াম্না চেৎকশিল্লি, অরাৎ-অপা লৈতে।

মীওইবগী শক্তাচুদা, শকওং শদম ফজবা, থিববু লগ্ননা ফোংদোকই, গ্রহনা লগ্নবু পীড়িত তৌরবদি থি অমুগৃহিত তৌরগা ফজে। থোইদোক্লমক চন্দ্র অমসুং শুক্রনা লগ্নবু অমুগৃহিত তৌর-বদি য়াম্না ফজে অমসুং কেবা মৌবা পামই। চন্দ্রনা, শুক্রনা ওইরবসু পীড়িত তৌরবদি মী অদু মানা কেবদি ইরুদনা হৈবী তৈবগুমই। চন্দ্রনা অমসুং শুক্রনা লগ্নগী ৬,৮,১২ লৈরবদি মী অদু কেবা মৌবা পামদে।

নিপানা নিপাগী রাশিনা লগ্ন ওইরগা ফজে, নুপীনা নুপীগী রাশিনা লগ্ন ওইরগা ফজে। তৌইগুম্বসুং নিপানা নুপীগী লগ্ন অমসুং নুপীনা নিপাগী লগ্ন রাশি ওইরবা ফজবা রাংলি। কনাগুম্বা

নিপানা লগ্নস্থ রাশিস্ মুপীগী ভাক্তা ওইরবদি নিপা অদু মরিনস্থ মশবস্থ মুপীগী ভাবতা ভাক্তা মানগল্লি। অদুগুম্বা নিপাদু অভাং ওইরিভৈদা তশিং তশিংই চাওরগদি তবং তবংবা ওই ; থবক তৌবদা মথং ওইনা তৌবা য়াম্না হৈনৈ। মাদুগুম্বা নিপা অদুগী হকচাংদা মুপীতদা ওইবা থবাকনচিংবদা মুপী মাল্লি। মস্তুম তৌদুনা নিপাগী লগ্ন অমসুং নিপাগী রাশিদা চন্দ্র লৈবা থোক্লবদি নিপাগী যিবম মতা তৌই মশক থি, মাদুদা পাপ গ্রহনা লৈরবা এংলবা গ্রহনা পীড়িত তৌরবদি মরমচং ফত্তে মগুন চেন্দে।

## নাড়ী বেধ য়েংনবা

**পৃষ্ঠ নাড়ী** ৩-৪-৯-১০-১৫-১৬-২১-২২-২৭
নঙন্দা মরা সি।

**মধ্য নাড়ী** ২-৫-৮-১১-১৪-১৭-২০-২৩-২৬
ময়াইদা মতু মরা সি।

**ক্রোড় নাড়ী** ১-৬-৭-১২-১৩-১৮-১৯-২৪-২৫
মপুক্তা মতু সি।

মাস্তুম তৌদুনা লুহোংগদবা নিপা মুপী ; শোনগদবা লাইরা, লাংকদবা লাই, গুরু, মুপী বেশ্যা, খনগদবা মপু, মকুপ, লৈগদবা লৈপাক, খুন, পুর অমসুং য়ুমদা বেধ য়েংগনি। নিপা নুপী অনিগী জন্মনক্ষত্র অনিনা শিংলি পরেং অমত্তদা লৈমিন্নরবদি বেধ তৌরে অস্তুম্না খংনগনি মাস্তুম্না গুরুনচিংবদস্ খংনগনি।

মরাগা শিংলি পরেং অমত্তদা লৈরবী নুপীনা মরাগী মাংনবা ওই। অহানবা শিংলিদা বেধ তৌরগা মরা, ময়াইদনা মতু মরা অমসুং পুক্তা বেধ তৌরগা মতু সোইদনা সি।

গুরুগা বেধ তৌরবদি থংনৈ এংথিনৈ ; মন্ত্রগা ওইরগা নাই, উপাস্য দেবতাগা তৌরগা সি।

মপু, বেশ্যা, মরুপ, লৈপাক, খুন, দোলান অমসুং য়ুম মখোই অসি বেধ তৌনরগা ফৈ, বেধ তৌনদ্রবদি ফত্তে।

বেধ তৌনরবা নক্ষত্র অনিদুগী পাদ মরি অদুদা অহানবা পাদগা মরিশুবা পাদগা অমসুং অনিশুবা পাদগা অহুমশুবা পাদগা বেধ তৌনৈ।

অশ্বিনীগা আদ্রগা বেধ তৌনৈ, অশ্বিনীগী পাদনা **চু চে চো ল** নি, অদ্রাগীনা **কু ঘ ঙ ছ** নি। মসিদা **চু ছ, ল কু** অমসুং **চে ঙ, চো ঘ** বেধ তৌনৈ।

শিংলিগী দোষ লৈরবদা চরন বেধসু থোক্লবদি য়াম্না থুনা সি, চরনবেধ লৈত্রবদি সিদে, দোষ খজিক্কুং লৈ, শিংলিগী দোষ থোকই হায়বতনি। নাড়ী বেধ লৈরবদা নক্ষত্র অনিদু থংনবগা চহি অমদা সি, নক্ষত্র অতৈনা খল্লবদি চহি অহুমদা সি।

নিপাদগী ফববুদি নুপীদগী ফবনা হেল্লা ফৈ। নুপীগী থৌবাম্মিচাক্কগী ৭। ৫। ৩ দা তাবা নিপাগী থৌবাম্মিচাক্লা মথং মথং কাইনবা, এংথিনবা অমসুং অরাবা ওই। মরমদি নুপীদগী খিবদা ফত্তবদা পোকপা নিপাদি মহৈ অদু নিপানা ফংই ; নিপাদগী ফত্তবদা পোকপী নুপীনা ফত্তবা অদুবু ফংই। নুপীনা ফত্তববুদি নিপানা ফত্তবনা ফত্তবা হেল্লি ; নিপানা ফরবদি নুপীগী ফত্তবদি কোকই অদুনা নিপাগী ফগদবা তৌবা হৌনৈ।

---

## নুমিৎ চয়োল ৭ মক্তা ফংবা অক-ফক্ত দশা

### নোংমাইজিং নুমিত্তা পোকপা

**নোংমাইজিং** নুমিত্তা পোকপা মীদি নোংপোক্কী লাকএ, অহন্না ওল্লকপনে। লহানগী মপোক্তদি নিংথৌমচা ওইনা পোকলম্মী। পোকপদি তাবদা কপতে, শিন্নবন্না হান্নৈএ। মচুদি কোন্নি মচুনে, মন্নেপতি লেপয়াইনে। তোল্লেমকোক্তি চিংখৈ পাংই, মচা হান্না পোকপনা নাওকনবি ওইএ, ফি মচু নাইবা শেংলি, মী ৭। ৫ না শেন্নে। লৌকন চাউই, নাপন চাউই ( ন্নাংই ), লৌশিং শিংই। মতু মন্না হান্না তম্বা কাইনৈ, মচাসু থাইনবা য়াম্মে। মপা মমাগী মপান তাংদে। মপুগী চাক চাও হায়বা লৈএ। মচা নিপানা হান্না পোকএ। মচাক মন্নলদি য়াইমবা ওইনা লৈএ। মখোং ৪ পানবনা শোকএ।

**লাংফমদি** থা ৩, ৪, ৫, ৬ অসি চেংনা তৌওঃ মৈ ঈশিং মখোং ৪ পানবদা লাংফম লৈএ, চেংনা তৌও। চহি ৭ ফৈ। ৯, ১০ ফক্তে। ১১, ১২, ১৩, ১৪, ১৫ ফক্তে। ১৬ অপাইবনি। ১৭ ফৈএ, কর্ম্ম যুগনি, চেংনা তৌও। ১৮ ফক্তে। ১৯, ২০, ২১ ফৈএ। ২২ লাংফমনি কর্ম্ম যুগ তাইএ চেংলো। ২৩ ছত্র যুগ তাইএ ফৈ। ২৪ অপাইবনি হৈন্নবদি থন্নাইপানবা খংজে। ২৫ সু অপাইবনি। ২৬, ২৭, ২৮, ২৯ মচেং ওইএ হৈন্নবদি জীব খংজৈএ। ৩০ ফক্তে লৈবা খিবিক পাংদে। ৩১ কর্ম্ম যুগনি হৈয়ো হৈন্নবদি মমিং চংলে, মন্নন মথম ফংজৈএ অসিদা ফংদরবদি জীব পোকএ, মী সাধু স্নান্না তিল্লে হৈয়ো। ৩২

# নোংমাইজিং নুমিত্তা পোকপা

মমিং অফবা চৎলে হৈরবদি নিংবা খিবিক পাংঙে। চহি ৩৩ ফত্তে, উসিন সিল্লু। ৩৪, ৩৫ ফৈএ, ফত্তবা মীগা মরুপ ওইগনু ইকাইবা নংগনি, হৈরবদি মরন মথুম ফংজগনি; দুঃখ যুগনি। ৩৭। ৩৮ ফত্তে। ৩৯ মরল মথুম ফংগনি, মীনা পোৎ হুরানখিগনি, থিরুগনু নংগী নত্তেএ হৈজোও : ৪০ দি কর্ম্ম যুগনি রাকোংবা, অনাবা, অশিবা ফংঙে; সাধু বৈষ্ণবপু খুরমজো; হৈরবদি মায় পাক্কনি, মখোং ৪ পানবসু ফংজগনি, মঙাই মশেল চংঙে। ৪১ ফত্তে থৌ তৌও, ফিরান কৎলু মিং চৎলে। ৪২, ৪৩, ৪৪, ৪৫ দি রাই-চিনবনে, কন্নিগুম্বদা নাইএ, জীব ফংজগনি। ৪৬, ৪৭ অপাইবনে ইকাইবা নংঙে লাইবু চেৎনা লাৎলো। ৪৮, ৪৯ কর্ম্ম যুগনি; মীনা মাঙহনগে নিংঙি লাইবু খুরুমজো, লৈবা খিবিক ফত্তেএ, জীবসু ফংঙে। ৫০ দি জীব ফংই. মমিং অফবা চৎলে, সাধুবু খুরমজো লন য়ামনা ফংই জীব চংঙে স্না লুপা ফংজগনি নিংবা খিবিক থুংই। ৫৩, ৫৪ দি দুঃখ যুগনি রাকোংবা মী শিবা নংঙি ফত্তে। ৫৫, ৫৬, ৫৭ ফৈএ জীব ফংজে, মৈ, ঈশিং, মুংশিং ওমক মনিং তৌই। ৫৮, ৫৯ দি অপাইবনি। ৬০, ৬১, ৬২ ফৈএ, দশাদি অপাইবনি ৬৪, ৬৫ অফ-ফত্ত য়াম্নৈ লাই নিংও: ৬৬ ফৈএ থরায় পানবা চংঙে। ৬৭, ৬৮ অফ-ফত্ত য়াম্নৈ। ৬৯, ৭০ ফত্তে লাই নিংঙো। ৮০। ৮৭ কী ইঙেন থাগী ৬ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎতা নংগী খোইগী রায়েননি।

——:(০):——



মিকুপ লৌথোক লৌশিন

## নিংথৌকাবা হুমিত্তা পোকপা

**নিংথৌকাবা** হুমিংতা পোকপা মীদি নোংপোকলোমদগী লাক্কনা পোকপনে। লহান'মুক্কী মপোক্তি মী অফবা ওইনা পোকলম্মী। মী ৩ থক তীর্থ চৎসি হায়তুনা চৎপদগী লাক্কনা মপোক অমুক্তা হুপী ওইনা পোকই অত্তুদগী নমা নপানা লাই খুরমজহুনা পোকপনি। নথক নথা খঙবা ঙমদে। নশাদা সম্ব্রু লৈবনি। মমা মপাগী মপান তাংজদে মতোমতগী মপান্না পানজৈএ। মচু ভাংভ্রাইএ। মীয়াই ওইনা চাওএ। ওইগী খুৎনা পাঙ্গল হেল্লি। মপাঙ্গল চাউএ। নয়ুম নকৈ নবল নথুম ফংজৈএ। নাপন চাউই। নচাক নবন য়াম্না চংঙে, চাই। লমজা সন্নাগী মপী ওইগদবনি। লৌথিবা য়াম্মে। অথুম্বা পাম্মে। লৈবাক অথাপ্পদগী চাঁক চাগদবনি। নিংথৌতগা লোইননা চৎকদবনে। মচা মশু মঙাই মশেল য়ামগনি। পোকপদি শিনা তাইএ। মকোক লাইজ্জি পাংই, মী ৭। ৫ চংঙি, মচা হুপী হান্না পোকপীনা নাওকনবি ওইএ, ফি অঙাংবা শেৎলি। লাংফসামুং নিংলবদি অহিং হুংথিল নাইদে। লেমনা মাংদে মী অফবনা শেমবিন্নগনি। মীবু লাক্লহৈএ।

চহি ৪ লাংফমনি। ৫, ৬, ৭, ৮ অপাইবা লাংফমনি। ৯, ১০ কৈ, ষণ শেনবা হৈন্নকপা মতমদা ফিবোন কাইনা নাগনি ফত্তবা দশানি লৈগদব য়ুমফমদি শামুদা লৈগদবনি। য়ুমগী যাত্রাদি থাংজিনা ওইগদবনি। ১১ অনা অয়েক নংজৈএ। ১২ দা অপাম্বা পোকএ। ১৩,১৪,১৫ ফত্তে, নান্নবদি শিনিংচিৎ হিংঙে, নাত্রবদি ইকাইবা নংঙে; ফত্তে, অপাইবনি। ১৭,১৮ ফৈ জীব চংঙে, হান্না তম্বদি কাইনৈএ।

চহি ১৯, ২০ দি ফৎতে, হৈয়ু। ২১ দি অনা অয়েক নংই। ২২, ২৩ কর্ম্ম যুগনি, সাধু বৈষ্ণব লাংলো ; হৈত্রবদি থবাই পানবা অমা থোকএ। ২৪, ২৫, ২৬, ২৭ জীব ফংজৈএ ; মরন মথু্ম, মঘন-মওক ফংজৈ, মী ফৎতবা তিন্নগনু। ২৮, ২৯, ৩০ অফ-ফত্ত য়ান্নৈ ; দশাদি অপাইবনি, থোকপা চংবা য়ান্নৈ হৈয়ু। ৩১ ফত্তে রাথোকই, কর্ম্ম যুগনি ; সিদ্ধা থিল্লো স্না তাঙ্গা লুপা তাঙ্গা হাপ্পু। ৩২ দি মিং অফবা চৎলে নিংবা থিবিক থুংডে জীব ফঙ্গনি ময়ুম মঘন মনাই ফংজৈএ। ৩৩, ৩৪ ফৈ। ৩৫, ৩৬ ফত্তে দুঃখ যুগনে ৩৭, ৩৮, ৩৯, ৪০ অফ-ফত্তা য়ান্নৈ ; কর্ম্ম যুগনি ; লাই খুরমজরবদি করি করি খংজৈ হৈত্রবদি থবাই পানবা থোকএ। ৪১ অফ-ফত্ত য়ান্নৈ লাইবু নিংজৌ। ৪২ ফত্তে। ৪৩, ৪৪ য়াইথি-য়াইফ য়ান্নৈ। ৪৫ অরাবা যুগনে। ৪৬, ৪৭ করি করি খংজৈ, জীব ১ চংডে। ৪৮ জীব ২ ফংজৈ। ৪৯ কর্ম্ম যুগনি মমিং অফবা ফংজৈ হৈত্রবদি মনাই মশন্না য়েংথিএ। ৫০ জীব ১ চংবসু য়ানা লৈএ ; মৈ, ঈশিং, মুংশিং মনিং তৌএ ; চাবা থকপা মনিং তৌএ, মীনা য়েংথিগনি, হৈনা চৎলু, থৌ তৌওঃ ফগনি। ৫১, ৫২, ৫৩, ৫৪, ৫৫ ফত্তে, অপাইবনি। ৫৬, ৫৭, ৫৮ কর্ম্ম যুগনি হৈয়ো। ৫৯, ৬০ ফৈএ মচা মুপীগী মপান্না পাল্লে। ৬১, ৬২ ফৈএ। ৬৩ অপাইবনি। ৬৪, ৬৫, ৬৬, ৬৭ কর্ম্ম যুগনি ; উসিল শিল্লু, হৈনা তৌ চৎলো। ৬৮, ৬৯ সাধু৯ চাক পিজৌ ; জীব চংবসু লৈএ, সৌজ মনিং তৌগনি, কোক ঙাওরা

# নিংথৌকাবা নুমিত্তা পোকপা

পিএ। চহি ৭১ দগী ৮২ ফাওবা ফৈ। ৮৩ ইঙেন থাগী ৬ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎকী নুমিদাং য়ুথক্তা খোইশী বায়েন্নি।

——:(০):——

# লৈবাকপোকপা নুমিত্তা পোকপা

**লৈবাকপোকপা** নুমিৎতা পোকপদি মচু শংবান্নে, মরেপ লেপয়াইনি, মরু লুকই। পুক্তা নাকন্দা খোইদা ওইরবসু সম্বু লৈএ। পোকপদা ডাইহাক্ত কপ্তে। মমা মপাগী মরন ফংদে। নহাডেদা অরাবা নঙনি। লমজা সরা মচা য়োক্লগনি। লৌগদবা য়াম্মী, পিগদবা য়ামদে। নিংবা কয়া থুংদে। ফমনদি চাইএ ; লনদি কয়া লৈতে। মীনদি চালগনি, শাগৈনদি য়েকনৈএ। লাহান অমুক্কী মপোক্তা মীগী মরন তোল্লকএ। ঈশিংদা ষণদা য়োংহিংফলাং চল্লু হায়এ। লংজ রাকোং য়াম্মে। মমিং ৪ চৎকনি। মতু। মরা হান্নগী লৌনদে চেৎনা তেংঙঃ।

**লাংফমদিঃ**—থা ১ চহি ৩ লাংফমনি। ৪,৫, ৬ ফৈ। ৭, ৮ ফত্তে। ৯,১০ অপোম'তং নংঙ ফত্তে। ১১। ১২ অপাইবনি। ১৩ কর্ম্ম যুগনি চেৎলো ফত্তে। ১৪, ১৫ ফৈ। ১৬ সিদ্ধা থিল্লু, ফত্তে যায়া যুগনি। ১৮, ১৯ দি মমিং অফবা থোকই ফএ। ২০ কর্ম্ম যুগনি মী ৫। ৭ তং চাক পিজো। ২১ ছত্র যুগনি লাইদা ফিরাল কৎলু।

# লৈবাকপোকপা নুমিত্তা পোকপা

চহি ২২ দগী ২৫ ফাওবা ফৈ। ২৬ ফত্তে। ২৭, ২৮ ফৈ জীব ১ চংজৈ মখোং পানবা খংজৈ। ২৯, ৩০ য়াম্না ফৈএ; মরুপ ফত্তবা তিম্ন-গন্নু ইকাইবা নঙ্গনি, দশাদি অপাইবনি। ৩১ অব্রা ইকাইবা নংঙে থবাই পানবা থোকএ; সাধুবু খুরমজো। ৩২ মমিং চৎলি; ফত্তে। ৩৩, ৩৪ ফৈ করি করিগুম্বা খংজৈ। ৩৫ হৈয়ো, চেৎলু, অনা অয়েক নংঙি; উশিল শিল্লু; লাইবু নিংজো। ৩৬ তগী ৪০ ফাওবা অফ-ফত্ত য়াম্নৈ; সাধু বৈষ্ণব তিল্লু হায়বা লৈএ; কর্ম্ম যুগনি, দাল ৭ য়াওদনা সিদ্ধা থিল্লো; হৈজবদি নিংবা থুঙ্গনি। ৪১, ৪২ মমিং চৎলে। ৪৩, ৪৪ ফৈ মরল-মথুম, মনাই-মশন খিবিক নিংবা থুংঙে। ৪৫ দুঃখ যুগনি, লাংফম লেল্লে হৈজোও। ৪৬, ৪৭ ৪৮, ৪৯, ৫০ ফৈ; দশাদি অপাইবনি; উশিন শিল্লু হৈত্রবদি ফত্তে, হৈরবদি জীব চংঙে। ৫১, ৫২, ৫৩ ফৈ নয়ুম লাই নিংঙো। ৫৪ অনা অয়েক নংঙি; অপাইবনি। ৫৫ ফত্তে। ৫৬, ৫৭ য়ামনা ফৈ। ৫৮ কর্ম্ম যুগনি হৈয়ো। ৫৯, ৬০, ৬১ ফৈএ; অপাইবনি। ৬২ অফ-ফত্ত য়াম্নৈ মীগা তিন্নগন্নু। ৬৩. ৬৪. ৬৫, ৬৬ গ্রহ ৯ মক কোকথোকচৌও, হৈনা তৌওঃ লুনা তৌ! ৬৭ ফৈএ। ৬৮ ফত্তে ৬৯ নয়ুমদা মান্দোপ থন্দুন। সাধু বৈষ্ণব লাৎলো। ৭০ ফৈএ, অসি-দগী হেল্লবদি ৮৭ তা লাংফম লেল্লে। পুন্সিদি ৯০ নি। থোইবেন্দি ইঙেন থাগী ২২ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা থোকনি।

——:(•):——

# য়ুমশকৈশ নুমিত্তা পোকপা

য়ুমশকৈশ নুমিত্তা পোকপদি অৱাং লোমদগী লাক্তনা পোকলবনি। লহান অমুক্কী মপোক্তা সতি লাইবু নিংবী ওইনা পোকলম্মী। পোকপদা মসাদা খুদম তৌনা পোকএ; মকোক লাইজ্জি পাংঙে ময়েক নাইবা মী ৭। ৫ থাংঙে। সাম্পি পুক্তা খোংদা ফিঙ্গুংদা চা শম্বু লৈ। অঙৌবা অমুবা মৱক ওই মৱেপ লেপয়াইনি। লনগী মপু ওইগনি। মপা মমাগী মচুন ফংজৈএ। থবক্তি কয়া শুনিংদে শুনৱবদি মীনা হেন্দেয়ে। মতু। মৱা হান্নগী লৌনদে। মীচাক চাও হায়বা লৈ, লৈবাক অথাপ্পদা চৎলো হায় লংজবা ৱারমদি হৌৎদাংদানে ঙাক ৮ হৈএ হৈত্রবদি মানা নিংবা কয়া থুংদে মশাদা লাইথুং পানগদবনি। নিংথৌ অনিগা লোইনদনা মমিং ৩ থোকউ হায়এ। মৈদা, ঈশিংদা, মহুপানবদা লাংফমনে। নুপী। নিপাদা ৱাথোক্কদবনে, শাদা লান্দা পুকচেল ফাগদবনি।

থা ৩ চহি ৪, ৫, ৬ হৈয়ো। ৭, ৮ লাংফমনে। ৯ ফত্তে। ১০ ফৈ। ১১, ১২ ফৈ। ১৩, ১৪ কর্ম্ম যুগনি, ফৎতে হৈয়ো। ১৫, ১৬ ফৈ। ১৭ ফত্তে। ১৮ শনিনা চাগদবনে, সাধু বৈষ্ণব খুৱমজো, সিদ্ধা থিল্লু। ২১ ফৈ। ২২ কর্ম্ম যুগনি, লাইবু নিংজোও। ২৩, ২৪, ২৫, ২৬ অফ ফৎত য়ান্নে। ২৭ সাধু ৭ তং ইৱাৎলু বৱ নিংজো। ২৮, ২৯, ৩০ ফৈ জীব কৱি কৱি ফংজৈ ফংদ্রবদি নাগদবনে। ৩১ কর্ম্ম যুগনে হৈজো ওঃ। ৩২, ৩৩ ফত্তে, হৈয়ো, ঈশিং-মুংশিৎ মনিং তৌএ। ৩৪, ৩৫ ফৈ। ৩৬, ৩৭ ফৎতে, সাধু বৈষ্ণব খুৱমজো।

চহি ৩৮ ষণ নাই খংজো হায়এ। ৩৯ ফৈ। ৪০ কর্ম্ম গনি, গুরু খুরুমজোওঃ হৈনা তৌ হৈত্রবদি মমিং অফবা থোনজো। ৪১, ৪২ ফৈ। ৪৩ ফৎতে, দশাদি অপাইবনি। ৪৪, ৪৫, ৪৬ ফৈ, ফত্তবা মীগা তিন্নগন্নু ইকাইবা নংগনি। ৪৭ লাংকমনি হৈয়ো। ৪৮ ফত্তে। ৪৯, ৫০ মমিং চন্দ্রবদি ফৎতে চৎনবা তৌও চৎলবদি মরন মথ্ুম শাগৈ ঙাই মখোং ৪ পানবা ফংই লংজবা কোকচৈ। ৫১, ৫২, ৫৩ ফৈ থৱাই পানবা চংজৈ। ৫৪ অনা-অয়েক, অৱা-নুংশি নংই। ৫৫,৫৬ ফৈ। ৫৭ মী ওদং চাক পিজো. ৫৮ কর্ম্ম যুগনি। ৫৯ হৈয়ো, মচা মশু মনাই-মশন য়েক্নবা মশেন্নি। ৬০ মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ মনিং ত্তৌই ফৎতে। ৬১, ৬২, ৬৩ য়াম্না ফৈ। ৬৪ ফৎতে, হৈয়ো। ৬৫, ৬৬, ৬৭ ফৈ, লৈবা খিবিক চ বা য়াইএ। ৬৮,৬৯ ফৈ। ৭০, ৭১ ইকাইবা নংঙি ; মতু মৱা পুকচেল তিন্নবোই। ৭২, ৭৩ ফৈ মখোং ৪ পানবা ফংজৈ। ৭৪ ফৎতে অপাইবনি। ৭৫, ৭৬ কর্ম্ম যুগনি, লাংফমনি। ৭৭, ৭৮, ৭৯, ৮০ ফৈ। ৮১ হেল্লবদি ফৈ। ৮৬ কী ৱাকচিং থাগী ১২ নি পানবা থাংজ মুমিৎকী নুংথিনদা খোইগী ৱায়েননি।

——:(০)——

## শগোনশেন নুমিত্তা পোকপা

**শগোনশেন** নুমিত্তা পোকপা মীদি লহান অমুক্তা নিংথৌ ওইনা পোক্লমমী, তৌরকপা ললোনদি দাম্নচিংবা য়াম্না তৌরকই অতুমনদি ওইরবদা গুরুদা তৌহৈদবা দোষ তৌরকই গুরুগী মরন তোল্লকই, হন্দক্তা রাবে, লনস্থ কয়া লৈরোই, নিংবা কয়া থুংগোই। নোংপোকলোমদগী লাক্তনা পোকলবনি। মচু ঙাংঙ্গ্রাইএ। লেপ্তি লেপয়াইনি। অপাং অনোম নঙ্গনি। মতু। মরা হান্নগী লৌনদে, কোন্না থিবদি মতোল লোম্না লাইগুরুগী সেবা তৌনা পান্নগনি। মচাদি ১৫ পিএ।

**লাংফমদিঃ**— থা ৩ দা মৈনে, চেংলো। চহি ৪ কর্ম্ম যুগনি। ৫ ফৈ অতুমনদি ওইরগা মথি ময়ুং চোইএ, দশাদি অপাই-বনি। ৬ অনা অয়েক নংই, ফত্তে, হৈয়ো। ৭ ফৈ। ৮ ফংতে, অপাইবনি। ৯ ফৈ। ১০ ময়াং কংবা পিএ। ১১ লাংফমনে। ১২ ফৈ। ১৩ কর্ম্ম যুগনি, হৈয়ো। ১৪ ফংতে। ১৫ ফৈ। ১৬ ফত্তে। ১৭, ১৮ ফৈ, অপাইবনি। ১৯ ফৈ। ২০ ফংতে, হ্মাহুনা চাবা কুমনে মী ৭তং চাক পিজোও, নারগা সিদ্ধা থিল্লু ফগনি, ২১ ফৈ। ২২ কর্ম্ম যুগনি ফত্তে, উসিল্লো। ২৩, ২৪ ফৈ। ২৫ ফত্তে। ২৬, ২৭, ২৮ ফৈ জীব ফংঙে, অপামবা ফংজৈ, মমিং চংলে। ২৯. ৩০, ৩১ সু জীব ফংজৈ লুনা তৌওঃ। ৩২ মমিং অফবা চংলে। ৩৩, ৩৪, ৩৫ ফৈ। ৩৬ অপাইবা যুগনি, হৈয়ো। ৩৭, ৩৮, ৩৯ ফৈ। ৪০ কর্ম্ম যুগনি, সিদ্ধা থিল্লো, হৈয়ো, ফরবদি কন্নি কন্নিতুম থংজোও হায়এ। ৪১ মমিং চংলে, জীব ফংঙে। ৪২ ফত্তে, হৈনা

## শগোনশেন নুমিত্তা পোকপা

তৌজোওঃ দশাদি অপাইবনি। চহি ৪৩, ৪৪ মমিং চৎলে। ৪৫ অনা অয়েক, মরূন তিংবা ওইএ। ৪৬, ৪৭, ৪৮, ৪৯ মচা মশু মনাই মশন ফংজৈ অপোকপা নিংজো, হৈব্রবদি লৈবা খিবিক নিংবা পাংঙে অসি থোকত্রববি ফত্তে, খংজোওঃ। ৫০ সু অরুবনে ময়ুমদগী থরাই পানবা থোকউ হায়এ হৈজোওঃ। ৫১, ৫২ ফৈ। ৫৩ অবাবা যুগনি। ৫৪, ৫৫ ফৈ; অৱেম্বদগী লন ফংজৈ, মথোং ৪ পানবা ফংজৈ মমিং চৎলে। ৫৬ অপাইবনি, লাইনিংও: দশাদি অপাইবনি, জীব চংবা থোকপা য়ানৈ, হৈওঃ। ৫৭, ৫৮ ফৎতে, অনা অয়েক য়ামনা নংঙে। ৫৯, ৬০ ফৈএ। ৬১ য়াইথি য়াইফ য়াম্লৈএ, অপাইবনি, মরূন ময়েং তাবা পিএ। ৬২, ৬৩, ৬৪, ৬৫ ফৈএ, মরূন খরা ফংজৈএ, থোকপশু লৈএ। ৬৬ ফত্তে, ফৎতবা মীগা তিম্নগমু মানা মাংহনগদবনে হৈজোওঃ হৈত্রবদি লন য়ামনা তিংগনি, থরাই পানবা থোকই, মীনাইগী মতু। মরা গুমনা পাল্লু হায়এ। ৬৭ ৬৮, ৬৯ শিবা চংবা লৈএ, অপোম অতং নংউ হায়বা লৈএ, মথোং ৪ পানবা থোকই, মরূন তিংবা, মীগা রাশোকনৌ হায়বা লৈএ, পুক্লিং লৌশিং থোক্কে, সৌজ মচু ওল্লে থোংদা মুঙাইতে। ৭০, ৭১ জীব ফংঙে, অপোকপগী খুদম তৌ হায়এ, লাইবু নিংঙু ফগদবনে। ৭২ ফৈ, অপাইবনি। ৭৩, ৭৪, ৭৫ কর্ম্ম যুগনি। ৭৬, ৭৭ ফৈ। ৭৮, ৭৯ লাংফমনি, লাংফম লেল্লে অসিদগী হেল্লবদি ৮৮ গী মেরা থাগী ১৬ নি পানবা য়ুমশকৈশ নুমিত্তা যাত্রানে অসিবু হেল্লবদি নোংমাইজিং নুমিত্তা থোইরেল্লে।

---

## ইরাই নুমিত্তা পোকপা

**ইরাই** নুমিত্তা পোকপা মীদি পোকপদা লাইজি পাংঙে। মমা মপাদগী হল্লকপনি। লুখ্রা। পাখ্রা মচা ওইএ ওইদ্রবদি মিনাই ওঈয়ু হায়এ। মপা মমাগী মরন ফংদে। মরনদি লৈগনি। পুক্তা থ্বাংদা শম্বু লৈএ। মহৈ হৈএ।

**লাংফম** হায়গে। মৈ, ঈশিং, ষণ অহুমমক্তা লাংফম্মনে। থা ৩ চহি ৪, ৫, ৬ চেৎলো। ৭, ৮, ৯ ফৈএ। ১০ দি চেৎলো ১১, ১২, ১৩ কর্ম্ম লৈএ; দশা অফবা ফুৎতবা য়ানৈ, হৈয়ু। ১৪ ফত্তে। ১৫ দগী ১৮ ফাওবা ফৈএ মসি হায়দনসু লাই খুরুম্মু। ১৯, ২০ ফত্তে; হৈজৌ, লুনা তৌওঃ। ২১, ২২ কর্ম্ম যুগনি, হৈয়ু লাই খুরমজৌ। ২৩ দগী ২৬ ফাওবা ফৈ, দশাদি অপাইবনে, উসিন শিল্লো। ২৭ ফৎতে। ২৮, ২৯ ফৈ। ৩০ দি অপাইবনে, হৈয়ু। ৩১ কর্ম্ম যুগনি; হৈয়ু, উসিন শিল্লো। ৩২ ফৈ। ৩৩, ৩৪ অফ-ফত্তা য়ানৈ। ৩৫, ৩৬ অরাংবা ১ যুগনে; লাইবু চেৎনা নিংও:। ৩৭, ৩৮, ৩৯ দশা অপাইবনে, অফ-ফত্ত য়ান্নৈএ। ৪০ কর্ম্ম যুগনে; অরা- মুংশি নংগনিএ, মী ৭তং লাংলো; হৈরবদি মমিং থোকএ। ৪১ দগী ৪৪ ফাওবা ফত্তে, জীবদি চংঙে। ৪৫ দুঃখ যুগনে; অনা অয়েক নংঙে, ফৎতে। ৪৬,৪৭ ফত্তে, হৈনা তৌওঃ। ৪৮,৪৯ কর্ম্ম যুগনে। ৫০ অপাইবা যুগনে; ফমনাইবা-ফানাইবা ফংজৈ, মরন মথুম ফংজৌ হায়এ। ৫১,৫২,৫৩ ফৈ। ৫৬,৫৭, ৫৮গী দশা অপাইবনে, লাইনিংঙু। ৫৯, ৬০ সু লাই নিংঙু, উশিন শিন্দোকউ। ৬১, ৬২ ফৎত্তে। ৬৩ ফৈ হৈরবদি থবাই পানবা

চংঙে, অফবা ফংজৈএ। চহি ৬৪, ৬৫, ৬৬ ফৈএ। ৬৭ কর্ম্ম যুগনে হৈয়ো। ৬৮, ৬৯ ফৎতে। ৭০ অফ-ফৎত য়ানৈ। ৭১ লুনা তৌ, থৱাই পানবা থোকএ। ৭২, ৭৩ দগী ৮০ শুবা ফাইরেন থাগী ১৬ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা যাত্রা ওইনি অসিদগী হেল্লবদি য়ুমশকৈশ নুমিৎতা খোইরেম্নি খংঙঃ।

——:(০):——

## থাংজ নুমিত্তা পোকপা

**থাংজ** নুমিংতা পোকপা মীদি লাহান অমুক্কী মপোক্তা ব্রাহ্মণ ওইনা পোকলমই ; নুমিংতা লংজবা দোষনা পিত্রে দান তৌরক্তে। লানদা কিরোই, খুদম লৈ, মরি কাবা লৈ। পুক্তা, খুবীদা শম্বু লৈএ। খুবাক্তা মশক নাইবা ময়ি লৈএ। মচু মু'ক শংথাংনৈএ। মরেপতি লেপয়াইনে। গর্ভদগী তারমদাইদা মী অফবা ওইরৈএ। শক্তি চংখোল্লে। মহৈদি থোইদোক্তে। রারিশিংবুলদি নিংঙে। মতু। মরা হান্না তম্বা লৌনদে। মতু-মরা ৩। ৫ সুগনি। মমিং চংপা মুপী। নিপা লৌগনি। অশাওবদা চনিংদা কয়া কন্দে। মী অফবনে। মরন কয়া লৈতে, লৈরবসু মমিং চংনা লৈগনি। চিঞ্জাক্তি অথুম্বা পামগনি। লমজা-সরাগী মমা-মপা ওইগনি পুন্নমকপু লাংগোল্লগনি। লৌখিবা য়াম্মে ; পিবা য়ামদে।

**লাংফম** হায়গে। মৈদা ঈশিংদা লাংফমনি, রাথোক্কদবনি। ফুরবদি নিংথৌতগী মপান চাগদবনি, হৈত্রবদি অরাবদা চংথিগনি। থা ৩ চহি ১ পাংলে, মথি-ময়ুং চোইনা নাগনি। ৫ ফে। ৬ ফত্তে, লাংফমনে। ৭,৮,৯,১০ ফত্তে হৈয়ঃ। ১১, ১২ ফৈ। ১৩ ফত্তে, কর্ম্ম যুগনি। ১৪ ফৈ। ১৫, ১৬ ফত্তে, লাইনিংঙু। ১৭ ফৈ, দশাদি অপাইবনি, অথংবা অওকপা, অরুম্বা, লাইতিল লাইহৈ নৈয়ে। ১৮,১৯,২০ ফত্তে, অনা-অয়েক নংঙে। ২১, ২২ কর্ম্ম যুগনি ; মী ৭ তং চাক পিজ্জৌ। ২৩,২৪,২৫, ফংক্তে। ২৬ ফৈ। ২৭ দুঃখ যুগনি, অনা-অয়েক্তি নংদে, ঈকাই

# থাংজ নুমিত্তা পোকপা

নুংশি নংঙে ; মী ৩ দং লাৎতনা খুরুমজৌওঃ লংজ কোংজ য়াম্মি। য়োংহিং-ফলাং য়েক্ল-কলক য়ামমে প্রতিকার মমাং ওইন। তৌহৌওঃ অসিবু হেল্লবদি খব্না ফরে। চহি ৩২ দি মিং চৎলি, অফবনি কর্ম্ম ফৌওঃ। ৩৩, ৩৪, ৩৫ ফাওবা ফৈএ। ৩৬ ফত্তে, লাংফম মতাংনে হৈয়ো হৈত্রবদি অফাবা নংজৈনে। ৩৭ তগী ৪০ ফাওবা কর্ম্ম যুগনি, অশি অচং য়াম্নৈএ। ৪১, ৪২ লাইবু নিংতুনা লৈয়োঃ হৈৱবদি মিং চৎলে জীবস্তু ফংজৈয়ে মীনা খুরুমমে। ৪৩, ৪৪ অফ-ফত্তবা য়াম্নৈ, মখোং মরি পানবস্তু ফংজৈ। ৪৫, ৪৬ ফৈএ। ৪৭ স্তু ফৈ। ৪৮ দুঃখ যুগনে। ৪৯ ফত্তে। ৫০ চেৎনা তৌওঃ থোক্না নাইএ, লাই নিংঙু। ৫১, ৫২ ফত্তে। ৫৩ হৈয়ু, ইকাইবা নংঙে। ৫৪ ফৈএ. জীব ফংজৈএ, লন ফংজৈ। ৫৫. ৫৬ ফত্তে। ৫৭, ৫৮, ৫৯, ৬০ ফৈ। ৬১, ৬২ স্তু ফৈ ; থবাই পানবা চংই। ৬৩, ৬৪ ফত্তে, মীদা পিজগদবা ফংঙে। ৬৫, ৬৬ ফৈ, লন-থুম ফংই। ৬৭ কর্ম্ম যুগনি ; লাংজমনি মতাংনে। ৬৮, ৬৯, ৭০ ফৈ। ৭১, ৭২ দুঃখ যুগনি। ৭৩, ৭৪, ৭৫, ৭৬ লাংফমনি। ৭৭ তগী ৮০ ফাওবা ফৈ অসিগী মতুংদা ৮১, ৮২, ৮৩ ফাইরেন থাগী ১২ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা নহাক্কী যাত্রা খোইরেন থোকএ।

——:(০):——

## শজিভু থাদা পোকপা

**শজিভু** থাদা পোকপগী লাংফমদিঃ— অশ্বিনী, ভরনী, কৃত্তিকা অহুমমক্তি চহি ১১ দা শিরকএ। চহি ৪ দা নাইয়ে। ১৪ মচি মায়া পানবনা শোক-পল্লে। ১৫ শিব লৈএ। চহি ৩০। ৩৫ অসিদা লৈম-নিংথোদা লংজৈএ। ৫৭ অসিদা লাংফম অরুবা লৈ, লাইবু থৌনিজোঙঃ। ৭৭ অমস্যুং ৮৯ ফত্তে, থোইরেননে। ইথেন থাগী শগোলশেন্দা শিএ॥

——:(০):——

## কালেন থাদা পোকপা

**কালেন** থাদা পোকপা মীগী থৱাম্মিচাক্তি ৱোহিনী, মৃগশিৱা, আৰ্দ্ৰা অহুমমক্কী লিংজেন লৌএ। ইৱাইনা উহৌয়ে। মপোক অমুক্তা চহি ১০ দা শিৱকএ।, হৌজিক লাংফম হায়গেঃ— চহি ৪ শুবদা কৰ্ম্ম ফংজৈএ। **চ**হি ৪৪ শুবদা শিবগা মান্নবা দশা লৈএ, বিষ্ণু পুজা তৌওঃ ৪৭ তা লন-থুম ফংবা লৈ। ৫৫ শুবদা লাংফমনে, হৈজোওঃ ৮০ খোইৱেন্নে। পোইন্নুগী শূক্ল ১১ একাদশি য়ুমশকৈশদা মৃতুনে॥

——:(০):——

## ইঙা থাদা পোকপা

**ইঙা** থাদা পোকপা মীদি চহি ২ শুবদা লাংফমনে। থৌরামি-চাক্তি, মৃগশিরানা পানবদা পোকপদি শঙ্গাইসেন মচুনে ; মচৎতি শাগী লিচৎ লৌএ। অমদি আদ্র'ানে ; লিংজেন্দি নোংশানি, মচুদি ঙৌএ, মুপীনে। অমদি পূনর্ব্বস্থনে ; মচুদি লায়োননে, নোংশাগুম্বে; মচেৎ নাইনা পাল্লে, মমিৎ তাংঙে। অহুমমক্কী মচুদি সবুনে, অহুম-মক্কী লিংজেন লৌএ। নোংপোকলোমদগীনে। লাংবন থাদা মরু হুল্লে। মপোক অমদা চাদবা মীবু চাকপীজম্মে অমস্থং য়োকপি-কম্মে। পোকপদা মকোক নোংপোক পাংঙে। য়ুমশকৈশনা উহৌএ। নাওকনবী ৭ নে। ফিনা কুপ্পদা চা-সম্ব, লৈগনি। মীবু লাকহৎপা হৈএ। মীনা কিনৈএ। মরেপ নেমমে। লোম্না চৎপা হৈএ। মিন্না চানদে। মতু। মরা মচা অহানবা কাইনৈএ। ইরাত্তি মুংশিৎ লমদা লাৎলো।

**লাংফম হায়গেঃ—** পোকপা থা ৪ শুবদা মৈ ঈশিংদা লৈএ। চহি ২ দা মচি ময়া পানবনা শোকএ। চহি ১৪। ১৫ দা ইঃ নাই, তার লৈএ। ৩৪। ৩৫ রাথোক রায়াম্বা লৈএ। ৩৭ তা কম্নিগুম্বা ফংজে। ৩৯। ৪০ লাই ফৎতবা অমা উংনএ। ৪৪ নাইএ। ৪৭ লন ফংজৈএ। ৬৫ লুনা লাকনৌ নাবা দশানে। ৮০ খোইরেননে। পোইমু থাগী ১১ নি পানবা মৃগশিরা নক্ষত্রনা পানবা য়ুমশকৈশগী সন্ধাকালদা মৃতুনে ॥

---

# ইঙেন থাদা পোকপা

**ইঙেনদা** পোকপদি পুং ৫ মিকুপ ১ দি অশ্লেষানে, নিপা ওইনা পোকএ ; মাপী শাগৈদি কর্কটনে। নোংপোক্তগী লাকপনে। মেব্বা থাদা মরু হুল্লে। মপোক অমুক গুরুদা ফি অঙৌবা অমা কৎলম্মী অতুনা অহৈ অশিং ওইনা পোকলৈএ। পোকপদা মকোক অব্বাং পাংনা তাইএ, মমাঙ্গী নোংপোক ওল্লে, নাওকনবীদি ৫ নে, পাওখোনচৎপগা ৭ নে, নিংথৌকাবনা উহৌএ। লৌশিং চাউএ। মীনা উদ খংদবা উগল্লে। মফম নাইব্বগনি। লৈম নিংথৌনা শক থংগল্লে, নিংথৌনা চাল্লে। নাপলদি ব্বাংঙে, মপুক্তি তপএ, মপোংতি খব্বা লিকএ। মচা মশু অফবা ফংঙে। নাহাঙৈদা খব্বা লাই'ব্বএ। অহল ওইব্বগা মুংঙাইএ। অনা অয়েক লৈতে। শন-নাই মীসু অমুবদি পকনদে ; অঙৌবা ফৈএ, পকনৈএ। মতু মব্বাদি ৩ লকতা চান্নে। থাংদি মম্ভোল তুম্বা পকনৈএ। মব্বানা লমচৎপদা নাব্ববদি মতুনা পুকচেন চুমদ্রে হায়বা খংওঃ মচাসু শিএ।

**লাংফমদি** পোকপা কুমদা খব্বা নাইএ। চহি ১০ দা মৈ ঈশিংদা লাংফম লৈএ। চহি ১১ দা অফা-অপুলব্বা দশা লৈ। ২১ দ৷ লাইথুং অমা পাল্লগনি, কোকপদি কোকলগনি। ২৫ দা অব্বাক অখংনবা অমা লৈ। ৪ ৭ তা লৈম নিংথৌদা লংজৈএ। ৭৫ । অচং-অশি খন্নৈএ। মপোক অমুক্তা চহি ৪০ দা শিব্বকএ। খোইরেনদি চহি ৮২ দনে। বিশাখা নক্ষত্রনা পানবা মেব্বা থা নিংথৌকাবা মুমিত্তা খোইরেননে॥

——:(০):——

## থরান থাদা পোকপা

**থরান** থাগী পুংজা মিকুপ ১ দি সিংহনে। নক্ষত্রদি বিশাখানে, মচুদি অমুবনে। অমদি পূর্ব্বফল্গুণীনে, মচুদি লশিংনে; মরুখোইনি, মশম ভাঙ্গনি, মচৎতি পাপোংচৈনে চাংনে। অমদি উত্তরফলগুনিনে রাহিচু ২ নে, মুপীনে। অহুমমকী শাগৈদি নোংশানে। ব্রহ্মলোক্তগী লাকতুনা পোকপনে। হিয়াংগৈদা মরু হুল্লে। পোকপদা মকোক নোংপোক ওল্লে. মমাই খা পাংঙে, নাওকনবী ৩।৫ শুইএ। নোংমাইজিংনা উহৌএ। নহাডৈদা মমা মপানা চাল্লে, অহন ওইরগা য়েংথিয়ে, মথক্তা অহন লৈতে। মীনা য়েংথিএ। লোম্না থুপনা চৎপা হৈতে মসি শগোন তোংবা ৫ গী মতিকনে। মিরৈহুৎতি মচিং নাইএ। মতু। মরা অহানবা কাইনৈএ। অকোনবদা মচু ভাঙ্রানবদা চান্নৈএ। থাংদি মতোন ককয়ে। য়াইস্থ অঙৌবা পকনৈএ।

**লাংফম হায়গে ঃ** চহি ৭০ দা শিরকএ হৌজিক্তি পোকপকুমদা নাই। চহি ৪ দা নাই, মচি ময়া পানবনা শোকলবস্থ য়াই। ২১ রা থোকএ। ৪০ দা লাই ওকনতুনা নাই। ৪৪ অচং-অশি খন্নৈ। ৭৮ দশু অচং-অশি খন্নৈএ। ৯০ খোইরেননে। ফাইরেন থা ৪ নি পানবা নোংমাইজিংদা উত্তরফলগুনীনা পানবদা শিএ।

——:(০):——

## লাংবন থাদা পোকপা

**লাংবন থা** পুং ৫ দা পোকপদি নিপানে। নক্ষত্রদি উত্তর-ফলগুনীনে, মচেৎ নাইনা পাল্লে, মঙাংনৈএ। অমদি আর্দ্রানে, মচুদি স্না অহিংবনে। .অমনা চিত্রানে, মচু অঙ্গাংবনে, মমিৎ তাংঙে। অৱাংলোমদগী লাকতুনা পোকপনে। পোকপদা মকোক মথা পাংলে, মমাই নোংচুপ ওল্লে, নাঙকনবী ৪ নে, য়ুমশকৈশনা উহৌএ। মচিঞ্জাক ৱাত্তে। মরিন চুমমে। মমা মপানা হান্না শিএ, মথক্তা অহন লৈতে। নাহাঙৈ ঙৌক্ষি লাইগুং নিংলমমে। নাহাঙৈদা মকোক মরু পাননা নাই। মতু। মৱা অহানবা কাইনৈ য়াইশু মতু। মৱাশু অঙৌবা পকনৈ। মপোক অমুক্তা চহি ৩০ দা শিৱকএ।

**লাংফম হায়গে**। চহি ১ দা শোল্লে। চহি ৭ তা মৈ. ঈশি দা লাংফমনে। ২০, ২১, ২৩ ৱাথোকএ। ৪৫ লৈম-নিংথৌদা য়োঙ্গে। ৫৪ দা ৱাথোকএ, হৈরবদি লন ফংজে। ৬০। ৭০ নাগনি। চহি ৭৫ দা মৃতুনে। লমদা থা নিনঙ্গুংদা আর্দ্রা নক্ষত্রনা পানবা য়ুমশকৈশ হুমিত্তানে ॥

——:(০):——

## মেরা থাদা পোকপা

**মেরা থা** পুং ৫ দা পোকপদি তুলানে, নক্ষত্রদি চিত্রানে, মচুদি অরাংবনে, মচেৎ নাইনা পাল্লে। অমদি বিশাখানে, মচুদি ফলৌনৈ, নিপানে, শাগৈদি তুলানে, মহাক্তি ব্রহ্মালোক্তগী লাক্তুনা পোকপনে। বাকচিংদা মরু হুল্লে। পোকপদা মকোক খা পাংঙে, মমাই নোংচুপ ওল্লে। চাবা রাত্তে। ইরাইনা উহৌএ। মীদি কিদে। মশানা পূক রারকপা ঙমদহুনা রা রাম্মে। মমা মপাগী মরন ফংদে। কলক য়েংথিবা য়াম্মে। য়াইদি অঙৌবা, অমুবা পকনৈ।

**লাংফম হায়গে।** মপোক অমুক্তা চহি ৭৫ দা শিরকএ। হৌজিক্তি চহি ৪ সোন্না নাই। ৯ সৌ লাংনা শোকএ। ২০। ২১ নাইএ। ২৭ রাথোকএ। ৩০ অফা-অপুন নংঙে। ৪৫ হকনা নাইএ। ৮০ খোইরেননে হৈরবদি ১০০ য়োগনি। শজিভু থাগী হুমনি পানবা স্বতী নক্ষত্রনা পানবা শগোনশেন হুমিত্তা মৃতুনি।

——:(০):——

# হিয়াঙ্গৈ থাদা পোকপা

**হিয়াঙ্গৈদা** পোকপদি খোংগাওনৈ বৃশ্চিকনে ; বিশাখা নক্ষত্রনে , মচুদি ৱাওথাংএ মচেৎ নাইনা পালে । অমদি অনুৱাধানে. মচু উহি মচুনি, মখোং তেকএ । অমদি জ্যেষ্ঠনে, মচু উয়েননে, ৱা ঙাংবদা অৱেপ্পা নাইদে । ৩ মক্কী শাগৈদি বৃষনে । লাইজিদগী লাক্কুন, মরু হুল্লে ; পোকপদা মমাই নোংপোক পাংজে, নাওকলবী ৩ নে, কোন্না লাকপগা ৭নে । নিংথৌকাবনা উমৌয়ে । মপোক অমুক্তা লাই নিংলম্মে । ইনাক খুল্লে । নহাঙৈদা লাইৱে । অহন ওইৱগা ফখৱে । অনা অয়েক লৈতে । মীবু থওইদে । লমহেল্লে । মীনা য়ে'থিএ । মীৱা তানিংদে । মতু মৱা অহানবা কাইনগনি । মানা হায়ৱগা য়াবদা পিজ-পিথক ফৈ । মপোক অমদা চহি ৬৭তা শিৱকএ হৌজিক্তি পোকপা কুমদা নাই, মমা মপা অমা কাইনৈএ ।

**লাংফম হায়গে ।** ঈশিংদশু লাংফম লৈ । চহি ১৬ তা লাংফমনে । ৩০দা অৱাবা নংএ, নাবস্থ য়াই । ৪৪দা চিহকনা নাই । ৮০দা শিবা য়াই । ৮৯ খোইৱেম্নি ! কালেন থা হুমনি পানবা নিংথৌকাবা অনুৱাধা নক্ষত্রনা পানবদা মৃতুনে ।

——:(০):——

## পোইন্নু থাদা পোকপা

পোইন্নু থাদা পোকপদি পূর্ব্বষাঢ়ানে, মচুদি শামুনে, মচেৎ নাইনা পাল্লে, মুপী নিপা শকনা পাল্লে। অমদি মূলানে, মচুদি মুইএ। অমদি উত্তরফল্গুনীনে, মচুদি উয়েননে, অহিং মুংথিন শকনা পাল্লে। মপোক অমুক্তা মুপী ওইনা পোক্লম্মে। লমদা থাদা মরু হুল্লে। পোকপদা মকোক্লা নোংপোক পাংঙে। মায় খা পাংঙে, নাওকনবী ৩।৫ নে। থাংজ গুরুনা উহোৌএ। মপোক অমুক্তা লাই নিংলম্মে, লাইদা স্না মন্দির কৎলেম্মে। মীনা চাল্লে। মপোক চাওএ, মীনা হনকৎনিংঙে। মনম পোল্লে। নোংগন্নৈ। তিনজে লাইজেলেল। হায়থ্রবা রা হোংনিংদে। মুপীশু মুপাশু য়াইশু অঙৌবা পকনৈ। মপোক অমুক্তা চহি ৩০দা শিরকএ।

**লাংফম হায়গে।** চহি ৭ তা মচি ময়া পানবনা শোকএ। ৩৪ অফা অপুন নংঙে। ৪০.দা লাই ফত্তবা উনদুনা নাইএ। ৪৫ অরুবা লাংনে। ৭৫ অচং অশি খন্নৈএ। চহি ৮০দা খোইরেননে। ইঙা থাগী নিন্দুং পুর্ব্বষাঢানা পানবা থাংজগী মুংথিন্দা মৃতুনে।

---

## ৱাকচিং থাদা পোকপা

ৱাকচিং থাদা পোকপা মীদি চিংলাইনে, উত্তৱষাটানে, মচুদি উয়েননে; ঙ্গুপী নিপা মৱক ওই, মচেৎ নাইনা পাল্লে। অমদি শ্রবনানে, মচুদি শঙ্গোমনে. লাই খিবিক্লা তিল্লে। অমদি ধনিষ্ঠানে, লনগী মপু ওইয়ে ঈশিং পুল অথলবনে। নাওকলবী ৪ নে। শগোনশেন্না উহৌএ। মপোক তমুক্তা লাইনিংলম্মে, লমকোইববু লুনা তৌরম্মে, অতুনা মপোক অফবা ফংঙে। নহা'ঙদা লাইরৈ। অহন 'ওইরগা ইনাক খুল্লে। লৌশিং চাওএ। ঙাংবা মীনা তানিংঙে। মচা মগুু অফবা ফংঙে। মচু মুইএ। মপোক অমুক্তা চহি ৭৮ দা শিৱকএ।

লাংফম হায়গেঃ— চহি ৪ দা নাইএ। ৭ ঈশিংদা লাংফম্লে। ১৪ দা অপোম অতং তৌএ। ২০। ২৪। ৪৫। ৪৮ লাংফমনে। চহি ৯৯ খোইরেম্মে। ইভা থাগী ১২ নি পানবা শগোনশেন পূর্ব্ব-ষাঢ়ানা পানবা ঙ্গুংথিন্দা মৃতুনি।

——ঃ(০)ঃ——

## ফাইরেন থাদা পোকপা

**ফাইরেন** থাদা পোকপদি ঈশিংনে, ধনিষ্ঠানে ; মচেৎ নাইনা পাল্লে, লনগী মপু ওইএ। অমদি শতভিষা নক্ষত্রনে মঙ্গলগী মশক্লে, নিপানে মচুদি লশিং অঙাংবনে, লম্মৈ চাকপা গুম্মে। অমদি পূর্ব্বভাদ্রপদনে, ফককুম মশকনি, লৈপাক নিংথৌগুম্মে. নিপানে। অহুমগী শাগৈদি ঈশিং পুল অথলবনে। মচুদি ঙৌএ। নোংচুপ-লোমদগী লাকপনে। থবান থাদা মরু হুল্লেএ। পোকপদা মকোক নোংপোক পাংঙে,, মমায় থা পাংঙে, নাওকলবী ২ নে, পাউথোন চৎপগা ৭ নে। থাংজনা উহৌএ। মচিন লুম্মে। ঙাংগনদে। লনগী মপুনে। ফমনাইএ। মতু। মরাদি অঙৌবনে। অমুবনা হান্না থিরবদি অহুমদা চান্নগনি। য়াইদি মেল মাল্লে। থাংদি মতোন তুম্মে।

**লাংফম হায়গে**। চহি ৫ দা মৈনা চাকএ। ৭ তা লাই-থোকএ। ৭৫ দা লাংফমনে। ৮০ দি খোইরেননে। থবান থা ভবানি পানবা নোংমাইজিংদা মৃতুনে।

---

# লমদা থাদা পোকপা

লমদা থাদা পোবপদি ঙা পরেংনে, নক্ষত্রদি পূর্বষাঢ়ানে, মচেৎ নাইনা পাল্লে; মচুদি ভম্ফানে। অমদি রেবতীনে, মচু ঙৌএ, পাগ্রা লুথ্রা ওইগল্লে। অমদি উত্তরভাদ্রপদনে, মচু ঙৌথাংনৈ অরাংলোমদগী লাক্কুনা মরু হুল্লেএ। পোকপদা মকোক অরাং পাংঙে, মমাই নোংপোক পাংঙে, নাওকনবী ২ পাউখোল চৎপগা ৭ নে। শগোনশেন্না উহৌএ। নাহাঙৈদা লাইরৈ, অহন ওইরগা ইনাক খুল্লে। মরন য়াইমবা ওইনা লৈ। লৌশিং চাওএ। মীয়াইমবা ওইনা চাওএ। নৈলম-নিংথৌনা শক খঙবা, লৈপাকনা খঙবা মী ওইনা পোকএ।

লাংফম হায়গে। মপোক অমুক্তা চহি ১৬ তা শিরকএ। চহি ১০ দা অকি অখং নংএ। ৪৯ লাই ফগুবা উনৈএ, থৌনিজোও নিদ্রবদি ফক্তে। চহি ৭৮ দা লাংফম অরুবনে। ৮০ দা খোইরেম্লে। লাংবন থাগী নিন্দু শগোনশেন মুমিত্তা মৃত্যুনে।

——:(০):——

## রাশি ১২ মকতা ফংবা অফ-ফত্তা দশা

### য়াও ( মেষ ) রাশিদা পোকপা

**য়াও ( মষ )** রাশিদা পোকপা মীদি মখোং মখুৎ হকচাংদা খুদম অমা লৈয়ে। খদাং তুম্মে। মবুক তপয়ে। মচু ঙাংঙ্‌্বা তৌএ। চাকলাম্বা কয়া হৈতে। চাবদা রাইথিদে। কোক চাওএ। মপা মপু য়োক্কে। মমা মপাগী লনস্থু কয়া ফংজদে। মপাঙ্গলস্থু মমা-মপানা চাদে। শাগৈগী মপানস্থু ফংদে। ঙাইশেন মরূপ মপাংনা য়োকপিএ। মথক মথাগী তাংদনা হান্না অহন শক্না পাল্লে। মী অফবগা মরূপ ওই। মঙান্না হেল্লে মরেপ তেল্লে অহু নত্রবদি মিচাও মিশাং ওই। অনা-অয়েক তোইয়ে। তুম্বগী পুক্লিং ওইএ। মতু। মরাদি নোংপোক মৈরমদগী চানৈএ। মচা মুপীনা হান্না পোকয়ে। নিপানা হান্না পোকলবদি ফত্তে মমা-মপা শোকএ। মুপী য়াম্না হান্না পোকলবদি লৈবাক অচৌবগী অহন ওইবা ফংজে। হকচাংদা সোকপা, য়েকপা অপাৎ-অনোম, অপোম অতং য়ামে। লৌশিং সিংএ। মীচাক চায়ে। মতু। মরাদি অঙৌবা ঙাঙ্‌্রানবা ফৈয়ে নত্রবদি অহুমদা চানৈয়ে। মুপী। নিপাগী পাপ অমত্ত লৈয়ে, মতু। মরা অহানবা লৌনদে, মরনস্থু মমিতা ফারগা হৌথিন্নে। পিজপিথক ফৈএ। চাওনাং সাংনাংঙি। ঙাম্নু কাংঙাগী লমচৎ চৎলি। অথ্‌ম্বা পাম্মী।

**লাংফমদি** চহি ৩ দা শোল্লে। ৪ দা নাইয়ে। ৮ দা অচং-অশি থন্নে। ১৫ দা মচি-ময়া পানবনা শোকয়ে। ২৫ দা

## য়াও (মেষ) রাশিদা পোকপা

শিনিংচিং হিংএ, অবাবা ওইএ। ৩০ দা লন মাংঙে। ৩৩ দা ফুংঙাইয়ে। ৩৪ দা গুরুদা, নিংথৌদা লংজেএ কোকচৌওঃ লন ফঙনি। ৩৫ দা য়োংহিং ফলাং চনবা ফংঙে, লাংকমনি কোকচৌও। ৩৭ তা লাংকমনে, চেংনা তৌ। চহি ৯০ গী মেরা থাগী ১২ দ্বাদশীগী নুংথিন ভরণী নক্ষত্রনা পানবদা যাত্রা ওইয়ে।

——:(০):——

## সন ( বৃষ ) রাশিদা পোকপা

**সন ( বৃষ )** রাশিদা পোকপা মীদি মরৈ মরা হৈয়ে। রা হাযরবদি মমাং থংবা ঙমদে। মনম ওল্লে। রাহৈ লুম্মে। লাইবক চাওয়ে। চংথোক্লগা লন ফংজৈএ। ফিমুংদা, চিবান্দা মিত্তসু চা সম্বলৈ। মমা মপানা চংথোল্লা পোকএ নত্রবদি সিংখ মুংদা পোকয়ে, মমা মপানা য়োক্কে, মীনা য়োকই, মশানসু মমা মপাবু য়োক্কে। মীবু কোইদে। মিকৌ মিরম হৈতে। তৌবা খিবিক হৈগল্লে। মীবু মিথানদে। মতু। মরাসু মানা মথিজেয়ে; খাদা অরাংদা লৈবনা পকনৈ। অমদা চানদ্রবদি মরিদা চানৈ। মতু। মরাগী মপান চাইয়ে। মচা মুপীনা হান্না পোকই। নিপানা হাল্লবদি

## সন ( বৃষ ) রাশিদা পোকপা

মমা-মপা অনিমক শোল্লে। কন্থি চাউই মিঙোংনা শাওই।

লাংক্ষম হায়গে। থা ৬। ৫ মৈ ঈশিংনা য়েংথিএ। চহি ৩ দা মৈনা শোকএ। ৪ দা নাইএ, ঈশিংদা অকিবা লংজৈয়ে। ৮ দা মচিন ময়া পানবগী দশা ওই। ১০ দা নাইএ। ১১ দা মচিন ময়া পানবদা শোকয়ে। ১৬ তা খোংখুৎ শোকয়ে; হাক্চবী থুংঙে, ইকাইবা লংজৈ। ২৫ দা মীনা য়েংথি, থাংতেন মচিন তুম্বা শোকই, ঈ তাবা লংজৈ; কোকপা হৈরবদি লন থুম ফংজৈ। ৩৬ তা লাংক্ষম অচেৎপনি, অর্চা পূজা তৌওঃ। ৫৭ তা মীনা বা থৈজিনবা নংঙি, হৈজৌওঃ হৈরবদি লনথুম ফংজৈএ। ৬৬ তা লাংক্ষম অরুবনি চেৎলো। ৭৫ দা লাংক্ষম লেল্লে, চেৎলো, লাইগুরু নিংঙো। ৮১ গী রাকচিং থাংগী ৮ নি পানবা ইরাই মুমিৎকী মুংথিন রোহিণী নক্ষত্রনা পানবদা যাত্রানি।

——:(০):——

## চৈফু ( মিথুন ) রাশিদা পোকপা

**চৈফু ( মিথুন )** রাশিদা পোকপা মীদি মচু ঙৌনা ফোলাও নৈএ। মমিৎ লাঙএ। পিকনা চাবা সেংপা হৈএ, লিকই। মরেপ তেল্রংনৈএ। মকোক পিকএ। মখদাং তুম্মে। মপুক ফৈ, রাহাইজ হৈ। নাবদি থিননা নাইএ। ফিমুংদা চা সম্বু লৈ। মতু। মরাদি মচু ঙাঙ্রানবা পক্লে অত্থু নত্রবদি ৩ দা চানৈএ। নোং-চুপ্তা কৌব্রুদা লৈবা চানৈএ। মচা নিপানা হান্না পোকনি। মচা ৭।৮ শুইএ। মচাদি মুপীনা হান্না পোকলবদি পুনসিনি, নত্রবদি মমা মপা শোকএ। মীবু চান্নবা হৈতে অত্থুগী মীনা হায়নৈএ। মতু মরা গী মহাক্তক্তা মঙাই মরুপ অফবা ফংজৈএ। মীরৈহৎ হৈএ। পুক্লিং ঙাক্তবদি অয়েক অপুল নংঙে। মহৈচাবদি নিংথৌ থনবা লল্লোনবা অনিমক পকনৈ।

**লাংফমদি** পোকপা কুমদা নাইএ। থা ৪ দা নাইএ, পাংনোমমে, হয়েন লাইস্থ থোকএ, মচি ময়া পানবনা শোকএ, মৈ ঈশিংনা য়েংথিএ, কোকপা হৈরবদি লন থুম চংঙে। থারা চহিরা ১৪ দা ইঃ ওদনা নাইএ। ২৫ য়ামনা ফৈএ, করি করি থংজৈ। ৩৪ রাথোকএ। ৩৫ দা হৈয়ো ফৈএ। ৩৭ তা করি করি থংজৈ। ৩৯ দা রাথোকএ, লাইফত্তবা উরৌএ, কোকচ হৈয়ো, হৈত্রবদি অচং অশি থন্না নাই। ৪৭ তা করি করি থংজৈ। ৫৫ দা লাংফমনে চেৎলো। ৫৯ দা লাই ফত্তবা উরৌএ কোকচ হৈজৌও ঃ লন ফঙনি। অসি হেল্লবদি ৮০ শুবদা পোইন্নু থাগী ২৬ নি পানবা য়ুমশকৈশঙী তুংথিন মৃগশিরা নক্ষত্রনা পানবদা যাত্রানি।

---

# ৱাইথু (র্ককট) রাশিদা পোকপা

ৱাইথু (র্ককট) ৱাশিদা পোকপদি মচু মুনা ঙাংলৈনৈএঃ মী কয়া চাওদে নত্রবদি মিয়াই ওইনা লাইবক তোংই। মরৈ মরা হৈয়ে। মীনা থোইনা চান্দে। ঙাংবা শাবা য়ামনা হৈ খোঞ্জেন খাএঃ অহাও অথুম পাম্মে। মচা মুপীনা হাননা পোকএ। নিপানা হাননা পোকলবদি লৌনদে লৌৱবদি মমা মপা অনিদগী অমা সোকএ। ফিমুংদা চা-সম্বু লৈএ। মিপানদা খুদম অমা লৈ। য়ামনা শিং হৈএ, লাইৱিক লাইশু হৈগল্লে। পিকনা মমা মপাগী মহৈ চাদে, মীনা য়োকই। মতু। মৱাদি অৱাং লাইজিলমদগী লৌএ, মচুদি অঙোবা. ঙাংলৈনবনা পক্লৈএ, অমুবদি মচিন চুমদে, ৱাথোক্লা লৌববু চানৈ। মতু। মৱাদি মৱিদনা চানৈএ। নিংথৌগা লন তিম্নৈ। নহা ওইনা সেবোক পোকএ। মীনা মুনা নিংবা ৱাৱু লাইনা থংই। খোংদা লাইথুং থুংই। মিচং নাই কল্লি। নহাঙৈদা লাইথুং থুংই। নহাঙৈ ৱাএ অনা-অয়েক মুংশিবা নংই। তোল্লোই ফৈ, লন-থুম চংঙে। লিংজেল সেপোইএ। মচাক মৱন মীওোন্দা পিথোকতে। ম'হদি লাইবু নিংবা, নিংথৌ খনবা ফৈ; লাইনিং-দ্রবদি লাইরৈ, মরুপ অফবা ফংদে।

লাংফমদি পোকপা কুমদা নাইএ। চহি ৩ নাইএ, মকোকসু পাৎলে, মপুক নাইএ। ৪ শোললি। ৪।১০।১১ ৱাথোকএ, ঈশিংনা য়েংথিএ চেৎলো। ১৩ দা নিংথৌবু লংজৈয়ে। ৪৭ তসু নিংথৌবু লংজৈয়ে, মীরৈৱাকতা চৎলে, লন মাংঙে,

## রাইখু (কর্কট) রাশিদা পোকপা

লাংকুমনে চেংলো অসি হেলবদি চহি ৮২ গী মেরা থাগী থাসি নিংথৌকাবা মুমিংকী শতভিষা নক্ষত্রনা পানবদা যাত্রানি।

---

## নোংশা ( সিংহ ) রাশিদা পোকপা

**নোংশা ( সিংহ )** রাশিদা পোকপদি মচু মেমানবা অঙৌবা অনিমকনা ওই। মঙ্গেপ্ তেন্দ্রংনৈ অত্থনত্রবদি মিচাও মিশাংই। লমচং থুইএ। লৌশিং শিংঙে। নাপল বাংঙে। বাবী হৈ। শাগৈনা মরুপ্না চাললে। চাকসু কয়া চাদে। লাইমিক লাইশু হৈ। পিজপিথক কৈয়ে। মিনা কিনা লৌশিং হায়বা হৈয়ে। পাওখুম হৈ। নোংশাগী মতৌগুমনা কল্লি হৈ। ফিমুংদা চা সম্বু লৈ। খুয়াদা চক্র অমা লৈ। তোলোই তোংঙে। মিরৈপাক্তা চংগল্লি। মতু। মরা মায়না চাওনৈ। শাংগগী থাওমৈ ওইএ। মিরোন খংবদা মমা মপাগী মরক্তগী অমা শিয়ে শিত্রবদি কুমুংদগী হিংঙে। নিংথৌ মপা মরুপ ওইয়ে। মিচাক চান চাওএ। মতু। মরাদি অরাংদা থাদা লৈববু লোএ। মথকতা অহন লৈবা মদে। লন লিকএ। লাই নিংলবদি লনগী মপু ওই। মিং অরাংবা চানদে। শাওরবদি লিবু তুমনবা সিংঙে। লংজ কোংজা য়াম্মে, থাংদা উতুপতা শিয়ে, লাইবু নিংঙু। চপুক রাইয়ে, তলোইচপুক

## নোংশা ( সিংহ ) রাশিদা পোকপা

ফরবদি মংস কোংরা য়াম্মে। পুন্সিদি, সাধু বৈষ্ণবকী সেবা তৌরবদি চহি ৯০ য়ৌএ।

লাংফমদি পোকপা কুমদা নাইএ। চহি ৩ দা ইঃ ওনা ফাইয়ে। ৪ দা থাং তেম্মা মচিনময়া পানবন্না শোকএ, ইফাই লাইথোকএ নত্রবদি অপোম্ অত্তং নংই, নাই। ২১ রা অমা থোকএ। ৩০ কৈ। ৬৫ দি ফত্তে, লাইনিংঙো। ৪৭ তা নাইএ, কোকচো কৈ; লাইরা তিনবা খংজে, মীওই মতোন লোমনা থোই-রেন য়ৌননি। ৭৫ দা লাংফমনি, অচৌবনে চেৎলো। ৯০ গী ফাইরেন থাগী ১৫ নি পানবা নোংমাইজিংগী সুংথিন মঘা নক্ষত্রনা পানবদা যাত্রানি।

——:(•):——

## নুরা ( কন্যা ) রাশিদা পোকপা

নুরা ( কন্যা ) রাশিদা পোকপা মীদি মচু ঙাংঙ্‌াএ। মিসিং মিহৈএ। মপুক তপএ। মিয়াইনে ময়াং শাংঙে, খোংবি মরাই লোংঙে। লৈক্ষনা ফজে নত্রবদি খুলক কোইগল্লি। অপং অসিং মরক ওই। মীনা চাল্লে। চাবা রাইথিদে। লাইরা তিনরা লাইরিক লাইশু হৈ। কোক্তা মায়দা চা-সম্ব লৈএ। চিনবান্দা খুত্তা শজিক লৈএ। মচা মুপীনা হান্না পোকএ। নিপানা হান্না পোকলবদি লৌনদে। মমা মপাগী মহৈ চাদে। মহাক্কী মপানস্থ

## রাইখু (কর্কট) রাশিদা পোকপা

লাংকুমনে চেংলো অসি হেলবদি চহি ৮২ গী মেরা থাগী থাসি নিংথৌকাবা মুমিংকী শতভিষা নক্ষত্রনা পানবদা যাত্রানি।

---

## নোংশা ( সিংহ ) রাশিদা পোকপা

**নোংশা ( সিংহ )** রাশিদা পোকপদি মচু মেমানবা অঙৌবা অনিমকনা ওই। মখেপ তেন্দ্রংনৈ অতুনত্রবদি মিচাও মিশাংই। লমচৎ থুইএ। লৌশি শিংঙে। নাপল বাংঙে। বাৰী হৈ। শাগৈনা মরুপ্না চাললে। চাকস্থ কয়া চাদে। লাইরিক লাইশু হৈ। প্রিজপিথক হৈয়ে। মিনা কিনা লৌশিং হায়বা হৈয়ে। পাওখুম হৈ। নোংশাগী মতৌগুমনা কল্লি হৈ। ফিমুংদা চা সম্বু লৈ। খুয়াদা চক্র অমা লৈ। তোলোই তোংঙে। মিরৈপাক্তা চংগল্লি। মতু। মরম মায়না চাওনৈ। শাগগী থাওমৈ ওইএ। মিয়োন খংবদা মমা মপাগী মরক্তগী অমা শিয়ে শিত্রবদি কুমুংদগী হিংঙে। নিংথৌ মপা মরুপ ওইয়ে। মিচাক চান চাওএ। মতু। মরাদি অরাংদা থাদা লৈববু লৌএ। মথকতা অহন লৈবা মদে। লন লিকুএ। ল্যাই নিংলবদি লনগী মপু ওই। মিং অরাংবা চানদে। শাওরবদি লিবু তুমনবা সিংঙে। লংজ কোজা য়ামে, থাংদা উতুপতা শিয়ে, লাইবু নিংঙু। চপুক বাইয়ে, তলোইচপুক

## নোংশা ( সিংহ ) রাশিদা পোকপা

ফরবদি ময়ংকা কোংরু য়াম্মে। পুন্সিদি, য়াধু বৈষ্ণবকী সেবা তৌরবদি চহি ৯০ য়োঁএ।

লাংফমদি পোকপা কুমদা নাইএ। চহি ৩ দা ইঃ ওনা ফাইয়ে। ৪ দা থাং তেম্মা মচিন ময়া পানবনা শোকএ, ইফাই লাইথোকএ নত্রবদি অপোম্‌ অত্তং নংই, নাই। ২১ রা অমা থোকএ। ৩০ কৈ। ৩৫ দি ফত্তে, লাইনিংঙো। ৪৭ তা নাইএ, কোকচৌ কৈ ; লাইরা তিনবা থংজে, মীওই মতোন লোমনা থোই-রেন য়োননি। ৭৫ দা লাংফমনি অচৌবনে চেংলো। ৯০ শী ফাইরেন থাগী ১৫ নি পানবা নোংমাইজিংগী মুংথিন মঘা নক্ষত্রনা পানবদা যাত্রানি।

——:(•):——

## নুরা ( কন্যা ) রাশিদা পোকপা

নুরা ( কন্যা ) রাশিদা পোকপা মীদি মচু ভাংভাএ। মিসিং মিহৈএ। মপুক তপএ। মিয়াইনে ময়াং শাংঙে, থোংবি মরাই লোংঙে। লৈক্ষনা ফজে নত্রবদি খুলক কোইগল্লি। অপং অসিং মরক ওই। মীনা চাম্লে। চাবা রাইথিদে। লাইরা তিনবা লাইরিক লাইশু হৈ। কোক্তা মায়দা চা-সম্ব লৈএ। চিনবান্দা খুত্তা শক্তিক লৈএ। মচা মুপীনা হান্না পোকএ। নিপানা হান্না পোকলবদি লৌনদে। মমা মপাগী মহৈ চাদে। মহাক্কী মপানস্থ

## নুরা ( কন্যা ) রাশিদা পোকপা

মমা মপানা চাদে। মথক্কী অহনবু খৌদাগল্লি. মথককী অহনবু খংবা ঙমদে। খারদি য়ামদে।· পোকপদা মপা ফংদে ফংলবদি য়ুম অমদা পোকএ। মৈ ঈশিংনা য়েংথি মিপাইবা নংঙে। থোঙেল কৈ। বালজৈ থাকল্লে অহনগী বা ইন্দে। মতু। মরাগী মরম্না নুংঙাই। মতু। মরাদি নোংপোক লাইজিদগী ওইএ'। পাঞা লুরা মচা লৌর-বদি কৈ, অঙৌবা অঙাংবাবু পক্লে। হান্না তম্বদি চানদে, চাকনিপা য়ুমতাংবাগুম্বা অনিমক নংএ। মিরৈবাক্তা চংঙে, অরাবা নংঙে, মিখা পোল্লে লৌবা মীনা থোগনবা ফংএ, লাইবু নিংঙু। য়েনহৌ রাইএ, তোলোই কৈ। লই লই হায়তুনা শিচানৈ। মীনা কাবা পুলবা নংজৈ। নিংথৌ থনবা লল্লোনবা অনিমক্তা কৈ। মতু মরা হুবা লাইফম থুকাইবা পুক্লিং ঙাকত্রবদি মহৈ লৈএ।

লাংফমদি চহি ৬ তা ফত্তে, ১২ দত্ত ফত্তে। ১৩ কৈ। ২০।২৩ লাংফমনে, চেংলো, অনা-অয়েক মীনা রাথোকপা লন ভিংবা য়ামএ, কোকপা হৈরবদি লন ফংই। ৩৫ দা লৈমা নিংথৌবু লংজৈ। ৪৫ দা লাংফমনে, অনা-অয়েক য়ামমে, লৈমনিংথৌ য়েং-থিএ, মৈ ঈশিং নংএ। ৫০ দা রাথোকএ। ৮৫ গী লমদাগী থাসি য়ুমশকৈশা নুমিৎ হস্তা নক্ষত্রনা পানবা অহিংদা বাত্রানি।

——:(•):——

## পাবোৎ ( তুলা ) রাশিদা পোকপা

পাবোৎ ( তুলা ) রাশিদা পোকপা মীদি অমুবা অঙাংবা অনিমকনা ওই। ময়াংলেন কুইতক তৌএ। খুদোন হাইনা চৎলে। লমচৎ ফৈএ। লেম্না চৎলে। চাওসাংঙি নত্রবদি মিয়াইনে। মপুক তপই। সিংএ। মীনা পামমে। লনদি মচিঙাকতা মাংগ্রে। চিনহাও থিএ। পিজপিথকপা মরম সুদে। ফিনা খুম্বাদা চাসিং থংঙে। ফিমু:দা খুদম অমা লৈ। লাইচাক, লাইকোই থুজল্লে। মচানুপীনা হাম্না পোক্লবদি ফজে, মমা মপা শোল্লে। নিপানা হাম্লবদি ফৈএ। থাবদি থোইনা য়ামদে। পোকপতগী হৌনা লৈমা নিংথৌনা মশক মমিং থংই। পিক্লা য়ুমগী মপু ওই। চহি ১৫ দা নংঙে, নংত্রবদি মিরৈবাক্তা চংঙে। মপা মমাগী লন খংজদে। লাইরিক লাইশু হৈ, মখুৎ মশা হৈগল্লি, সাদ-লান্দা য়াইফৈ, মাইবা শাবসু হৈ। মতু। মরাদি মরুম্বী মচা, লুপ্রা মচা ওইরবসু লৌএ; মরি নত্রবদি মুপী। নিপা মরিন শেংদে। অকোকপা তৌবা মহৈ চাবা থিল্লি, অসেংবদা তৌ মহৈ থুনা চাগনি। মতু। মরাদি নোংচুপতগী অঙৌবা পক্লে নত্রবদি ২। ৪ দা চানৈ। লাইবক্তা অহন ওইবা তমমি। মীনা চাল্লে, শাগৈ ভাইনা চংঙে। য়েনহৌ ফৈএ, তোলোই ফৈএ। পুক্লিং মমুং মপান নাই। নিপা মুপী, শকয়ে। নিংথৌগী বিষয় চাইয়ে। মীগী সিং হুরানবদা অবাবা অনিরক নংঙে হাওরোই লাইচিকগী থংঙে। নিংথৌ খনবা মহৈ চাইএ। পুক বাবকওঃ লাই মঙা নিংঙ। অথেং অঙন চৎপা

## পাবোং ( তুলা ) রাশিদা পোকপা

কুমন্না মেরুবা মাম্মী। মমা মপাগী থুবম ফংতে। থাং মতোন তুম্বা প্রকবৈ।

লাংকমদি চহি ৪ দা শোম্লে। ৮ দা ঈশিংদা মিপাইবা নংই, মখোং মথুংসু নাইএ হয়েল লাইসু থোকএ। ১১ কৈ। ২০ দা নায়িয়ে। ২১।২৩ দা বাথোকএ। ২৯।৩০ দা অয়ে অপুল নংঙ্গে কোকচো হৈজো। ৪৫ দা লাংকমনে চেৎলো। ৫২।৫৫ দা টৈরম নিংথৌনা চাম্লে, লন ফংঙ্গে ইনাক থুম্লি। ৮০ দা লাংকমনে অসি হেললবদি ১১০ দা সজিভু থাগী ১২ নি পানবা নুমাইগী শতভিষা নক্ষত্রনা পানবা মতমগী মুংথিনদা যাত্রানি।

—:[•]:—

## তিলাইখোম্বি ( বৃশ্চিক ) রাশিদা পোকপা

তিলাইখোম্বি ( বৃশ্চিক ) রাশিদা পোকপা মীদি মচু ঙৌএ অহু নক্ষত্রবদি মুনা কলাওনৈএ। মরেপ তেন্দ্রংনৈএ মচিনবান কাংলপ তৌএ। ইনাক থুললে। মীনা তুংদা ভাংনৈ মাংদদি চাল্লে। অহাও অথম পাম্মী। ফিমুংদা মথুক্তা চা সম্বু লৈএ। মমা মপাগী, মমা মপুমক্কী মহে চাদে। মপাঙ্গম্মা মুংঙাইএ। চিংজেল কললি, হন্দোক হনজিন থংডি। খুৎকন পাঙ্গললি। নুপল মাংই। মীগী বা ইন্দ্রহুনা মীয়ামনা শোকএ। নাইষণগী

# তিলাইখোম্বি ( বৃশ্চিক ) রাশিদা পোকপা

মপু ওই। স্না-লুপাবু লৈ ওইনৈ। লাইরিক লাইশু হৈ। অরাবা সুংঙাইবা অনিমক্তা সুংঙাইবনা য়াম্মী। মুপী-নিপা মরিনা চাউএ। মচা মুপীনা হান্না পোকএ ধারদি য়ামদে। তুরোন য়াম্লবদি ধারসু য়াম্মী। মতু। মরাদি থাদা অরাংদা লৈবরু লোঁএ। সঙ্গ ফত্রবদি অরাবা ফংই। মরুপ ফররবদি মফম ফংজৈ। মতু। মরাদি অঙোবা য়েশনববু ফৈ। নহা ওইরিবৈঙদা অনা-অয়েক য়াম্মে। নিংথৌ থনবা লাইনিংবা ফৈ। মচিঙ্গাক্কীদমক অরাবা অমরক নংএ। রা লেপত্তে। অপাৎ-অনোমবা নংএ! মহৈ চাবদি পুক্লিং ঙাকপা লাইনিংবা লাইরিক তৌবা অসিনা মহৈ চাই। পাপ তৌরবদি শাগৈ মরক্তা শিদে লমলক্তা শিয়ে, মীরৈবাক্তা চৎনা চাওনৈ শাংনৈ। থাংদি মচিন মলুকপা ফত্তে। হান্নদি মিথা পোল্লে। মীশিং মিহৈয়ে। মিনম্বা কয়া য়াদে ঙাংঙোই শোকএ ওইরবদি লিংজেন চুম্মে। মীগী মীথৈ ফংগল্লে মানা হায়বা ইল্লবদি ফৈ। লৈপাক খিবিক্কী মহৈ হৈএ। মীনা য়েক্নে। লোঁ ইথোলদি পকনৈএ। চিঙ্গাক রাক্তে। লিংজেন মুঙ্গল্লে। মীনা লাকচবা য়াদে। য়াইদি অঙোবা অঙাংবা পক্নৈ। মচিন মপাও তানদে মিরৈবাক অমা চৎলে। নহাঙৈদা ইঃ ফাইনা নাইএ।

**লাংফর্মদা** চহি ৪দা সোল্লে। ৭ তা মচি ময়া পানবনা শোকএ, মকোক মরু পাৎনা নাইএ। ১৫ দা লম থাপ্পা চৎলে, অয়ৈ অপুল নংএ। মৈদা ঈশিংদা মিপাইবা নংএ। ২০। ২৫ ফৈএ করি

## তিলাইখোম্বি (বৃশ্চিক) রাশিদা পোকপা

করি খংজেএ। ৩০ ফজে। ৪০ দা লাই ফত্তবদা উরৌএ কোকচৌ। ৪৫ দা লাংফমনে সাধু বৈষ্ণব সেবা তৌগঃ অসি হেল্লবদি লন ফজৈ ইনাক খুল্লি। ৫০ দা লাংফমনে সাইবু লাংচৌও। ৬০ সু লাংফমনি কোকচৌও, ৮০ সুং লাংফমনে চেংলো। অসি হেল্লবদি ৯০গী ইঙেন থাপী নিন্দুং থাংজ মুমিংকী মুংথিন পুর্ব্বভাদ্রপদ নক্ষত্রনা পানবদা যাত্রানি।

——:(০):——

## লিরুং (ধনু) রাশিদা পোকপা

লিরুং (ধনু) রাশিদা পোকপা মীদি লেপয়াইনি। শুক, মায় শাএ, নাকোং ফল্লে, য়াচৌএ, চিনবান চাউএ। ইনাক খুল্লে, মরন রাত্তে। শাগেগী মীং চৎপা মী ওই। মরুপ অফবা ফই। মীনা লুনা চান্না তৌগল্লি, তুংদনা য়েংথি। মপা মপুগী লন ফংদে। সানবা, মুঙাইথোকপা, মুপী। নিপা লংনগনবা ওইএ। রা ঙাংবদা কোচি থাংনা ঙাংবা, য়াম্না তপথবা পাম্মে। অরা অনা নঙ্গললি, অরা অনাবুশু খাংবা শুমদে। ঈশৈ লাইরিক শেম্বা, ইবা, শা-ষন লোইবা, মাইবগী থবক পকনৈ। খজিক্কুং পেনবদা য়াম্না হরাউগললি। অনকপা মীবু লুনা তৌই, মরুপ মপাং মশক খংগললে। ইন্দ্রি খুহুম চললে। অচুম্বা ঙাংএ।

## লিরুং (ধনু) রাশিদা পোকপা

রাশক চেংলে। অরেপ্পা থমএ। চংনবী য়েংগললে। লৌশিং চাউএ। অচুম্বা থিগললে। নিংহকপদা থৌনা লৈবা থিংবা য়াদবা ওইএ। মীবু রারকএ। মীগী রা তানফম ওইএ। থৌরম খুদিং তাক্কললে, থৌদাগললে, মীকোক থোংবা ওইএ। থবক থৌরাং চাউএ। মঙাল মশা চাউএ। শেমজন শাজিনবা য়াম্না হৈএ। থবক্কী মরম খংগললি। মীপোৎ পামগললি। মতু-মরা য়ামগললে। অমম্বা, খঙদবা, অকাওবা পুম্বা নিংশিংগনবা, খঙগন উগনবা ওই। অথিংবা অপনবা অথাম্বা নমথেক্কনা নিংতম্বা পামই। অহন লমন লাই গুরু মশক খঙ্গললি, লুনা থাজনা তৌই, থকসি খাসি নাই। লৈপাক্কী লৈকাইগী শেমগৎ শাগৎপা পাম্মি; মনা থাগল্লি। থৌনা ফৈ, রাঙাংবা হৈশিংই। থবক থৌরাং চাওই। থৌনা লিংজেল ফৈ। রস খংডি। মীংচৎ চাউএ। লৈপাক্কি লৈকাইগী ওইবা থবক্তা সেমগৎ শাগৎপা পাম্মি। রাজনিতী খংগনবা, চাংগনবা, য়াওগনবা, থৌরম খুদিং য়াওগনবা ওই।

——:[০]:——

## চিংলাই (মকর) রাশিদা পোকপা

চিংলাই (মকর) রাশিদা পোকপা মীদি মচু অচৌবা, ঙাংঙ্‌বা অনিমল্লা ওই। ফৈগল চাওএ খুবোম স্থইয়ে মনম হল্লে মরু লুল্লা চংলি। চাউদম শাংদম্মী লিংজেন কৈ, মরন লৈ। মচিঙ্গাকতা মরন মাংঙে। ফিল্লুংদা চা সম্বু লৈ। মচিনবান কাংলপ তৌএ নোক্লা বা হায়এ। মমা মপাগী মফমদা পোক্কে পোক্লবদি মপা ফংদে। মচিন মনাও য়ামদে। পীক্লা মমা মপা কাইনৈ। মমা মপাগী মহৈ চাদে। নহা ওইনা লমজা ওই। অরাবা ফংদে মী পুন্নমক্লা শাফৈ ঙাইফু মনিংই। মহাক্তি মিপোক মীহিংবা ঙমবনা মীগী পুক্লিংবু য়ৈথাইবা ঙমদে, ঙাকপা শাবা হৈশিংএ, সাইকনানথোকএ মুপী নিপা থাইনগললে। থুংশু-থুংলাহ্নি তেনস্থ মথক থংই। নিংথৌ থনবা ফত্তে। মতু। মরাদি অরাংদ লৈববু লোঁএ মচা মুপীনা হাল্লা পোকই, নিপানা হাললবদি মমা মপা স্থদে মীচাপোকনা থার ওই। িংনবা কানদা লাইনা পাঙ্গন ওই। পোকপদা খুংদম অচৌবা অমা থোকএ ৫নি। তোলোই ফৈএ। মতু। মরা মচা মনাই মষন মীনা চাল্লে। মানস্থ মীবু থৌজালহৈ। লাইগুরুদা লংজবা দোষ অমা লৈ। মীচা হাংপা পাপ তৌদে সাদ লানদা শিগে তৌবগুমনা নিংজৈয়ে চেংনা ঙাকওঃ হৈরবদি নিংথৌনা চাল্লে। মপোক অমদা চহি ৭৮দা শিরকই।

লাংফমদি চহি ৪দা সোললি। ৭ তা মৈ, ঈশিংদা অকিবা ফংই, হয়েল লাইশু থোকই। ১৪ দা পোমতুনা নাইএ। ২০, ২৫ দা নাইএ ৩০দা নিংথৌদা লংজবা ফংই। ৩৪।৩৫দা ইনাক থুল্লে।

## চিংলাই (মকর) রাশিদা পোকপা

চহি ৪৬ । ৪৭ । ৪৮ দা নিংথৌনা চাল্লে [illegible] নিংথৌদা লংজেএ, লাইফম্ভবনা উৱোএ কোকচৌগ: ৫৮ [illegible] মীনা য়েকনৈ, অয়ে অপুল নংই। ৬১ দা বাথোকএ। ৮০ গী ইঙেন থাগী ১২ নি পানবা য়ুমশকৈশগী [illegible] নক্ষত্রনা পানবদা যাত্রানি।

—:[•]:—

## চফু (কুম্ভ) রাশিদা পোকপা

চফু ( কুম্ভ ) রাশিদা পোকপা মীদি মচু শংপাম্নৈ, অঙৌবা অনিমকনা চাই, মৱেপ সাংঙে। নোক্লা রা হায়বা হৈনৈএ। মপুক তপই। মচিনবান চকংনৈ, মীবু নকনৈএ। মমা মপাগী লন ফংজে। লিংজেন্দি হৌদ্রিঙৈদা ফৈ হৌরুরবদি শিনি নানি থংদে। মী পুমনমকনা চাল্লে। সিল শুনা হৈগল্লি। খোংদা চা সম্বু লৈ, লুতুংদস্‌ লৈএ। মচা পোক্কে, পোক্লবদি ১২ নত্রগা থার য়ামদে। মুপীনা হান্না পোক্লবদি মপাবু হেল্লি। মমা মপানা লাই নিংথুনা পোকএ। পাঙ্গল কল্লে, থৌএ, মশক ফৈএ, চংখোল্লে, লাইবু নিংঙে। শাগৈনা য়েক্লে, শাগৈগা তান্নবদা হেল্লে। রাইপুক্তা অহানবা লন মাগী নত্তে মাগী য়ুম তাংঙে। তোলোই ফৈ তুংদা শাগৈগী থাউমৈ ওই। তৌবা খিবিক মহৈ চাই ইনাক খুল্লি, শিংই।

## চফু (কুম্ভ) রাশিদা পোকপা

চহি ৫৭ তা মম্নিং চৎলি। মতু। মৱাদি অঙৌবা, মুৱৈ-সংথানবনা পকনৈএ। অমুবদি অহুমদা চানৈ। থাংদি তোনককপা, তোনহুম্বস্থ পাইৱবদি মথুত্তা মী শিএ, য়াইফৈ। অৱাংবনা পাক্লে। মাগী থাৱনাস্থ ফৈএ। নিংথোকাবগা লন তিন্না। মচানা মমা মপাবু য়োকওঃ হায়। চিনবা খিবিক্তা অঙকপা লৈতে, পিজা পিথক ফৈএ, ধর্ম্ম তৌবা পাম্মী, য়াথং থেংঙি, হকচাং ফৈ, মথোং মথুংতি ফত্তে, মৱাইবক স্থক্তানৈ, য়াথং হায়দোক্লবদি নোংগুম্মী। অথুপ্পা মফমদা খুদম অমা লৈএ। মীনা ঙমদববু লাইনা ঙম্মী। নিংবা খিবিক থুংডে। য়াথং লেপ্পনা ফত্তবা ওইএ। মপোক অমুক্তা চহি ৫০ দা শিৱকই।

লাংফমর্দি চহি ৫ দা মৈনা শোকএ। ৬। ৭ তা লাইচেল্লে মপুক তপ্পা পাম্মে। ২৫ দা শোল্লে। ২৬ তা লন ফংজৈএ। ৩৫ দস্থ ফৈএ। ৪৫। ৪৬ লন ফংজৈ। ৪৭ তা ৱাইএ অসি হেল্লবদি ৭৫ দা লাংফমনে চেৎলো। অসি হেললবদি ৮০ গী থৱান থাগী ১০ নি পানবা নোংমাইজিং মুমিৎকী মুংথিন শতভিষা নক্ষত্রনা পানবদা যাত্রানি।

——:(০):——

# ঙা ( মিন ) রাশিদা পোকপা

ঙা ( মিন ) রাশিদা পোকপা মীদি লম্নচৎ লেপ্তে। রাংনা চাওনা থোইনা চৎলি, মরৌশিংনা পাঙ্গল ওই। মথোং পানবা শাগৈগা পক্লে। অহন ওইবা পক্লে, অহন ফংঙি। হৱাও কুম্মৈ পাম্মী। ঙাংবা শাবা য়ামনা হৈ। খঙ্গাই য়েং ওইবা খৌরি অহুমদা চা সম্ব্রূ লৈএ। মচা মুপীনা হান্না পোকএ। অহন নত্রগা অতোমবা ওই নত্রবদি তোনপোক ওইএ। নহাঙৈদা সোল্লে মুংশিংকী লাইথুং থুংঙে অসি নত্রবদি মচিঙ্গাক বাইএ। অহন ওইরগা ইনাক খুল্লি, বাকোং মীশি য়াম্মে। লৌশিং শিংই, মীনা কঙ্গাওবা লাকচবা ঙমদে। মৱৈপতি লেপয়াইনে। মমা মপানা চংখোন্না পোকএ, চংখোল্লবদি মমুংদা লাইমন থুংঙে। খুয়াদা চক্র লৈএ। পুক্তা খুদম লৈ, খুদম অহুনদ ঈগী থোংথিংঙি। কেচাক খোং খুৎ ফৈ। কোক্কী মাইগৈ ফত্তে। মপুক তপ্পে। মমা মপাগী মহৈ কয়া চাদে। মতু। মবাদি মখাদা লৈবা অঙৌবা লেপয়াইনা পকনৈ। মচা মুপীনা হাল্লবদি মহৈ চাই। মতু। মবা লোনবগী বা হায়বা লৈতে। বায়েল চুমদ্রবদি লাইথুং থুংঙি। খুৎকন পাঙ্গনবদা, ঙাওবদা মমিং চৎলে। মতু। মবাদি মহৈ হৈ, কেনিং-ঙবদি মিৎথত্তা চৎলে। নিংথৌনা চাল্লে। লাইনিংবনা মহৈ চাইএ, অফবা খিবিক্লা মফমবু ওইনৈএ। য়াথং হায়বদা সাংদে, হায়দোক্লবদি অৱৈপপা চৎলি। নাকোংদস্থ মুংঙাইবা তায়ে। অহন ওইরবদা মথক্কী লিংজেন হুন্দোকতুনা মী অফবগা মরুপ ওইদুনা গুরুগী

## ঙা (মিন) রাশিদা পোকপা

থোংজিন পাইহনা থবাই পিহনা অহনতা শগোল শামুগী মপু ওইএ। নিংথৌকাবগা লন তিমৈ, শাগৈগী থাউমৈ ওইবা ফংগনি। মখানা মহাকপু থাকএ। থোং অনিদা লাইথুং থুংঙি, মানা মাঙবদি ঙমদে। চহি ৩ দা ওইরবসু মমা মপাগী মরক্তগী অমা থাইনৈএ, থাইনদ্রবদি মমা মপা অরাবা ফংঙি, লন মাঙই, অফা অপুল নংঙে। মপোক অমরক্তা চহি ১৬ তা শিরকই।

**লাংফমদি** চহি ১। ৫ দা নাইএ। ১৯ দা লম অথাপপদা চৎলে। ২৩ দা লন থংজৈ। ৩৩ দা অকি-অথং নংঙি, অনাবসু ফংই। ৩৬ তা লাই ফত্তবা উরৌএ, অচং-অশি থমৈ, পুজা তৌগঃ ৩৯ দা লাই ফত্তবা উরৌএ কোকথোকওঃ ৪৬ তা অফবা ফংজৈ অকোকপা লাংফম ওই, চেৎলো। ৫৪ দা লাংফমনে কোকথোকওঃ ৭৮ দা লাংফম অচেৎপনে কোকথোকচৌ অসিদগী হেললবদি ৮০গী লাংবনগী থাসি শগোনশেন মুমিৎকী মুংথিন উত্তরভাদ্রপদনা পানবদা যাত্রানি।

——:[০]:——

## জ্যোতিষ চক্র

ঐখোয়না নোংমদোন থক্তা উৱিবা মশান লৈবশিংগী মনুংদা মখোইগী মগুন্না পৃথিবীদা লৈবা ঐখোইদা অৱাবা মুভাইবা ওইনা লাকপা অতুগুম্বাশিংবু থৌৱাগ্নিচাক কৌই। মখোই অতুবু ক্রান্তিবৃত্ত হায়বর্দি মুমিংকী লম্বেলনা লংসুং ওইতুনা লেংশিন্দুনা চাওৱবা লৈ পরেংগুম্না পৃথিবীবু কোইশিন্দুনা লৈ, মতুবু জ্যোতিষ চক্র কৌই। পৃথিবীদা লৈবা ঐখোইনা জ্যোতিষ চক্রবু উই, মাতুদি নোংপোক নোংচুপ্তা সেপ্তুক তৌতুনা থকখাদা কোইশিন্দুনা লৈ অসুম্না ঐখোয়না উই মহাক্তি ক্রান্তিবৃত্তগী মখাৱোমদা অংশ ৮ অৱাংলোমদা অংশ ৮ সুপ্পা অংশ ১৬ পাকই, মানা পৃথিবীবু কোই-শিন্দুনা লৈ। মহাকনা নোংপোক্কগী নোংচুপলোমদা লৈতুনা চংলি অসুম্না ঐখোইনা নিংই। থাঙ্গৈশেংবদি মাগী ময়াইদা লৈবা পৃথিবী অসিনা মহাক্কী মশাবু খুংগুম্না নোংচুপ্তগী নোংপোকলোমদা উচতুনা পুংজা (ইং) ২৪ দা অমুক অমুক লৈ। অতুনা ঐখোইনা জ্যোতিষ চক্রবু নোংপোক্তগী নোংচুপ্তা চৎপা লৈবা ওইনা উতুনা থোরক্লে, তাখরে-উবনি।

পৃথিবীগী নোংমগী খোংলৈনা মৱম ওইৱতুনা মাগী মথক্তা লৈবা ঐখোইনা জ্যোতিষ চক্রবু নোংমদা অমুক লৈ, অসুম্না উবদা নোংপোক্তা লৈপাক্কা অতিয়াগা শন্নবা মফমদগী থৱাগ্নিচাকশিংনা থোরকই, মখোইনা মথং মথং কাখৎলক্কনা ঐখোইগী কোক্তোন সাম্না চংখিতুনা নো চুপ্তা অতিয়াগা লৈপাক্কা শন্নবা মফমদা তাথিবা উই। মতম অতুদা নোংপোক্তা থোকলিবা থৱাগ্নিচাকশিং অতুবু

করম্বা রাশিগী মনুংচন্না লৈরিবা থৌরাঙ্গিচান্দনো? এংলগা রাশি অদুবু লগ্ন রাশি কৌই, মহাকপু অহানবা ভাব অমুমনা থংনৈ। লগ্ন রাশিদগী হৌদুনা রাশি খুদিংদা মশিং থিগদবনি, মাদুদি লগ্নদা অহানবা, মথংদা অনিশুবা, মথংদা অহুমশুবা অমুমনা ১২ ফাওবা থিদুনা রাশি ১২ না মতম অদুগী ভাব ১২ ওই। মাদুদা উগনি, লগ্ননা নোংপোক্তা লৈ; ২,৩,৪,৫,৬ অমসু ৭ ফাওবা রাশিশিংনা লৈখাদা লৈ, মদুদি ৪ শুবনা খোংখুয়াগী মপাদা ৭ শুবনা নো চুপ্তা লৈপাক্না নোংথৌগা তাইনবদা লৈ। নোংচুপ্তগী নো পোকলোমদা ৭,৮,৯,১০,১১ অমসুং ১২ অসিনা মথক অউবা তংথাইদা লৈ। মাদু ১০ শুবনা কোক্তোন্দা লৈবা রাশিনি মাসুম্না লৈবা রাশি ১২ অসিবু কুঠি অদুগী লগ্নদগী এংলগা রাশি চক্রনা মী অদুগী পোকপ মতমদা পৃথিবীবু কোইশিন্দুনা লৈখিবগী মওং ওই।

রবি — য়েংবা নুঙাইতে,

**মঙ্গল** — মৈতান অচাকপগুনই,

**শনি** — মৈতান অচাকপগুমনা মোত্তাই সুদাইনদুনা এ বদা খোইদো সাওগৎলি;

মরম অসিনা মখোইসি ফত্তবা গ্রহ কৌই।

বুধদি নুমিৎকী মনাক্তা মাংদা নত্রগা তুদা ডিগ্রি ৩০ গী মনুংদা হোকই অদুনা নুমিৎকী মঙাল মরক্তা চংবগুম চদবগুম তৌরদুনা এংবদা যুজৈ যভদে হায়বা য়াদে অদুনা মহাকপু মরক (সমগ্রহ) কৌই।

**রাহু, কেতুদি** মশক উদে বিন্দুগী মশক্কি পাপ গ্রহ চিংই।

রবিনা শেমগৎপা গ্রহনি। মহাক্কী ওন্নবা মফমদা লৈবা ময়মনা শনি ( থাংজ ) না তাইবংপানববু মাংহল্লি। ঐর্খোইনা মাগী মথকতা লৈবী ইমা পৃথিবীনা ঐর্খোইগী হকচাং অসি ওইবনি অসিগুম্বী পৃথিবী হকচাংগা তাইবংশেম্বা মুমিংকা অনিগী মরক্তা থত্তুনা বুধ অমসুং শুক্রনা লৈ, অতুনা মুমিং অনিসিনা শেম- গৎপগী পলহনবা ওইবনা মখোই অনিসিবুসু মাংহনবা গ্রহ কৌই।

পৃথিবীগা মাংহনবা শনিগা অনিগী মরক্তা **মঙ্গল** অমসুং **বৃহস্পতিনা** লৈ, শনিগী মাংহনবাবু থিংই অতুনা মখোই অসি শেমগৎপা গ্রহনি।

**চন্দ্রনা** মাগী অমৃত ওইবা মঙান্না লৈপাক্তগী হৌরকপা চিঙ্গাক পুম্নমকপু চাওখৎহল্লি, হিংহল্লি মাতু চাবগা ঐখোইনা হিংই অদুনা মহাক্তি ঐখোইগী ইমানি শেমগৎপা গ্রহনি।

**রাহু, কেতুনা** শেমগৎপা গ্রহ চন্দ্রগী লম্বেনগা রবিগী লম্বেনগা বৃত্ত অনিগী করুবা বিন্দু অনিদা লৈতুনা রবিবু অপনবা পীবনা মাংহনবা গ্রহনি।

**পৃথিবীনা** মুমিং খুদিং কোইরিবা খুকোই অসিবু পৃথিবীগী আহ্নিক গতি কৌই। মতৌ অসুম কোইরিবসিনা মুমিংপু য়েৎ- ওইননা অমুক্তং কোইবদা মুমিং ৩৬৫ দণ্ড ১৫ পল ৩১ বিপল ২৪ চংই। মরম অদুনা চহি ৪। ৪ গী মতুংদা মুমিং ৩৬৬ নিনা চহি অমা ওই।

**থানা** পৃথিবীবু অমুক্তং য়েৎওইনা কোইবদা মুমিং ২৭ দণ্ড ১৯ পল ১৭ বিপল ৪২ চংই মাসিবু চন্দ্রমাস কৌই। রাশি ১২বু

অংশকলা ৩৬০ থোকনা থাইদোকই। অংশ ১২ কলা ১১ বিকলা ৪৭ চৎলি। মুমিৎ ১৫ নিদা অংশ ১২ ময়েং তাই অংশ ১৮০ ওইরক্লগা পুর্ণিমা ওই।

**লৈপাকপোকপনা** রাশি চক্রবু অমুক্তং কোইবদা মুমিৎ ৬৮৬ দণ্ড ৫৮ পল ৯ বিপল ২০ চংই। অসিগী মনুংদা মুমিৎ ৮০ নিনা বক্র ওই মুমিৎ ৪নিনা স্থির ওই মত্রগা থা মথাই রাশিদা লৈ।

**মুমশাকৈশানা** রাশি চক্রবু য়েৎওইননা অমক্ত কোইবদা মুমিৎ ৮৭ দণ্ড ৫৮ পল ৯ বিপল ১৭ চংই।

**শগোনশেননা** চহি ১১ থা১০ মুমিং ১৫দণ্ড ৩৬ পল ৮ চংই।

**ইরাইনা** থা ৭ নুমিং ১৪ দণ্ড ৪১ পল ৩ চই।

**থাংজনা** চহি ২৮ থা ৫ মুমিং ১৭ দণ্ড ২২ পল ৩০ চংই।

**রাহুগা কেতুনা** চহি ১৮ থা ৭ নুমিং ১৮ দণ্ড ১৫ চই।

## গ্রহ ৯ গী দশা অমসুং গ্রহ অদুনা পীরা মহৈ

## রবি

থবাইমি চোংএ, লুমথাএ, লোক থুংএ, চাক চংদে, তা খুদিং চিকই, মৈ ঈশিং নুংশিং ফত্রে, ওকলি লুসম নাএ, ডকচাসুজানৈ, ঈনা মিক্ত কায়ে, লুতোন হাইএ, নাতোনসু নাহি থোকয়ে নপ্তা পিদাবা পি, ফংয়ে; মিং ফিংনে, কোক চিবয়ে, থমোই থুকএ, হুংসা থিএ, মরোন মরোন নায়ে, মংদ ইরান তোইএ, থবাইদি মিক্ত লৈএ, নোংথাং কুপএ।

## রবি

**পীবা মহৈ —** রাজ্য, রাজকর্ম্মাচারী, কৃষক, গোপালক, দ্বারপাল, চিকিৎসক, সানাসাবা, মপা, ব্যাধ, কৈনচিংবা হিংস্রক খুমুথ্রংনচিংবা হিংস্রক পক্ষী, সগোন, ষনবী, সনা, কোরি, সনা-হিদাক, ফৌ, বন, চীঙ, মণী, উ, হিদাক, থম্বাল ॥

## চন্দ্র

সোচ মুংশিং ফত্তে, লুয়াং চিকএ, মিৎ ইঃ কাইয়ে, হকচাং সৈনাই, পুক্লিং মুংঙাইতে, ঙক্লিস্রু নায় কোক চিকই, মুংশিংস্রু য়াকাই, অরাক অথংগুম নায়এ, অহিংদি চিকথোৎলে, অনমবা লৈএ, নজর লৈতে ॥

**পীবা মহৈ —** মমা, পুক্লিং, ঈশিংদা লৈবা পোৎ, লুপা, থুনথরী, হিদাক, ঈশিং, মহৈমরোং, যজ্ঞ তৌবা, হি, যুবতী, ব্রাহ্মন, চু, লৈ, তুলা, ফল, ফি, মুক্তা, থাওমৈ, ঈশৈ শকপা মী, মনম মুংশিবা, ষনলাবা; সাহিত্য হৈবা মী, থম্বাল, ঈশিং লৈবা মফম, ঈশিংদা লৈবা জীব, ফৌ হরাইনচিংবা ॥

## মঙ্গল

সোচ য়াফম শাওয়ে। মুংশিং কোম্মে, পোসেম্বগুম্মে, মীগী নজর লৈতে, য়াফমদগী থজিন ফাওবা নায়ে, মিৎ ফিংয়ে, লাইমন হৌয়ে, নায়ে, মুপীদি মচাপোকপদগী লাইমন ঈমন লৈহৌয়ে মতুনা খোং ৪ নায়ে, মৈ নেম্মে, ইঃ ঙাওয়ে, হকচাং মুংঙাইতে থরাই রাইয়ে; জীবদি তুদ লৈয়ে, ফম্বী সোকয়ে, হকচাং লুমথায়ে, চাক চংদে, লোক খুয়ে, তাং খুদিং চিকয়ে, ওলাংয়ে, অহন লমনগী লাইথুং অমত্তং কোকপা ঙমদ্রে ॥

## মঙ্গল

পীবা মহৈ — লৈপাক্কী পোকপা পোৎ, ধাতুদ্রব্য, সনা, চীনী অঙাংবা, অনন্তমুল কোবা উ, খুৎসু-খুলাই, বোমা, নোংমৈ হিদাক, নোংমৈ তোপ, অপোম-অতং পাৎ-নোম্বা, হকচাংদা থাং-থাবা, চমেন, সনাহিদাক, য়ু, অঙাংবা পোৎ, তেঙ্গোন, সাদানবা মৈগী থবক তৌবা, নোংথাংগী থবক তৌবা, শালোইবা মী, মাইবা হুরানবা মী, লৌনম তৌবা মী, লৈ, চীঙদগী পোকপা ধাতু লৈপাক ।

## বুধ

সৌচ মরম তম্মে, ফমবী ফত্তে, থজিন সাওয়ে, ঈশিং মরি ফত্তে, লিনসাং ফত্তে, চাক লামদে মনিং তৌয়ে রা ঙাংনিংদে, থরাই মপান থোকএ, থরাইদি নারুমদা লৈয়ে, খোঙ খুৎসু পোম্মে ইঃ না ঈশিং ওল্লে, অচিক অসা য়ান্নেএ, থবাক খেয়ে, লোক খুয়ে, লাইগী লমন অমা লৈ থূনা কোকথোকওঃ মপু খুরম্মো ॥

পীবা মহৈ — খূৎশা হৈবা, জ্যোতিষ, জগোই, ঈশৈ, যন্ত্র খোংবা, গনিত, লাই একপা, বিচার, আইন হৈবা, সাইরিক ইবা, লাইতিন একপা, তম্বিবা, রসায়ন বিদ্যা, লীকলি, হিদাক লাঙথকনচিংবা য়াম্মতুনা শেম্বা পোৎ, ইন্দ্রজালনচিংবা বিদ্যা, ঈশৈ শকপগী হৌনবী, মামা, মপন, মতোন ॥

## বৃহস্পতি

মমাংঙৈদগী হৌন লন তিংএ, কোক্কসু লাইথূং অয়েকপা অমা লৈ, খূদোল হোয়ে, সৌচ ফত্তে, হকচা মুঙাইব খঙদে য়াম্মা চাকয়ে, সূর চাওয়ে, লৌশিং মাংয়ে, খূকউ চিকয়ে নাকোং য়ৈসিল্লে, থবাক য়েকএ, পুক ওলাংয়ে। অহিং মুংথিন মুঙাইবা

## বৃহস্পতি

লৈত্তে পোসেম্বগুম্মে, মুংশিং লাইমন হোৌয়ে মুঙসাংন নারে, হকচাং মরা সোকএ, ফম্বী ময়েং তায়ে, কমলাক চোকয়ে, খোঙ সিথৈয়ে ॥

**পীবা মহৈ** — নীতি বিদ্যা, পুরোহিত ওইবা, উপদেশ, শেল পুথোকপা, মন্ত্রি ওইবনচিংবা নিংথৌগী থবক তৌবা, লৈ, মহৈমরোং, খোংনাং উ, ফি, ফৌ, হবাই, সনা, দোলায়, য়াইঙং শগোল. শামু, মুক্তা, ষনলাবা, লুপা ॥

## শুক্র

সৌচ য়াফম মরোল চুমদে খোইন চিকপগুম নায়ে. থজিন নায়ে সাওগৎলে. তিল চুমমে, চাক চংদে, হকচাং ময়েং তায়ে, ফিগী লাইথুংনে সৌচথোঙ ফত্তে, লমহুনগুম্মে, থম্মোয়স্থ পোমমে, খোঙস্থ পোম্মে, পাং লাইথুংনে লেংসোং লেংয়াম্লৈএ, ঈশিং লাইগী মতৌগুম্মে। লাইগী লাইনানে মপি তায়ে, নিংদোল থুকয়ে। য়াফম নেম্মে ; লুগ তোংগ পকনৈএ ॥

**পীবা মহৈ** — বস্ত্র, লুপা, সনা, চন্দন, লৈ, য়ু, উহৈ, ঈশৈ, যন্ত্র, মনম মুংশিবা পোং, অলঙ্কার, ফমুংনচিংবা, নিপা মুপীদা ওক্কবা মী, ছাতিন, অভিনয় তৌবা, মতু লোম্নবী, মবা, শামু, শগোল, হামেং, য়াও, ষনলাবা, ফজবা উচেক ॥

## শনি

য়াফম সাওয়ে ; ছায়া ব্রহ্ম মপান থোকএ। হকচাং মুংঙাইত্তে, মরৌ লৈনা নায়ে; মুংশিং কায়ে, খোঙ নায়ে, থৌরিস্থ নাইএ চবোন সৌবগুম্মে ; সৌচ ফত্তে অপোম্বগী লাইনাগুম্মে। হকচাং থিল্লি, য়েকই ॥

## শনি

পীবা মহৈ — উট, ইরোই শামু, শগোল, অমুবা ইস্রনী-লমনি, গাড়ি মৈতান, থাং তা, পুকথিনবা লাইনা, থোইদিং, মীসী, নিপা, মুপী, শম, লিল ॥ .

## রাহু

থবাক মন্নুং ফত্তে, বুদ্ধি লৌশিং তিন্নদে, অহিং নাই, য়াফম ফত্তে, পিন্নাই য়েকই, সৌচস্থ খ্বাং য়াংলেনস্থ নাই, তাং থবাক চিকই। লোক থংগে, ঈশিং মন্নি সোকই, পোম্মে, ওনিংএ ॥

পীবা মহৈ — যুন্নাব শানবা, লিল, মীরৈপাক চংপা, য়োং, অমম্বা, তুম্বা।

## কেতু

মুংশিং য়াংদা কাইয়ে. খুদোল হোই, নিংথমচল্লে অরুমগী মতৌ মচেং নাই লৌথিয়ে, য়ুমদা লিল চংএ, নাকোং য়েশিল্লে, ইঃ সন্নোন চংলে ॥

পীবা মহৈ — উনশা, পোকথোকপা, অথিনবা লাইনা; মৈ, অন্নাম খৌন্নাংবা, কিবা ॥

—:—

नक्षत्र २৭ তা পোকপা মীগী লিচৎ শাজৎ
অমসুং নক্ষত্রশিং অসিনা পানবদা তৌবা য়াবা থবক

## নক্ষত্রগী মমিং

| | |
|---|---|
| ১ অশ্বিনী | ২ ভরনী |
| চু চে চো ল | লি লু লে লো |
| ৩ কৃত্তিকা | ৪ রোহিনী |
| আ ই উ এ | বা বি বু চ |
| ৫ মৃগশিরা | ৬ আর্দ্রা |
| বে বো কা কি | কু ঘ ঙ ছ |
| ৭ পূনর্ব্বসু | ৮ পুষ্যা |
| কে কো হ হি | হু হে হো ড় |
| ৯ অশ্লেষা | ১০ মঘা |
| ডে ডু ডে ডো | ম মি মু মে |
| ১১ পুর্ব্বফলগুনী | ১২ উত্তরফলগুনী |
| মো টা টি টু | টে টো পা প |
| ১৩ হস্ত | ১৪ চিত্রা |
| পু ষ ন ঠ | পে পো ৰ ৰি |
| ১৫ স্বাতী | ১৬ বিশাখা |
| রু ৰে ৰো তা | তি তু তে তো |
| ১৭ অনুরাধা | ১৮ জ্যেষ্ঠা |
| ন নি নু নে | নো যা যি যু |

## নক্ষত্রগী মমিং

| ১৯ মুলা | ২০ পুর্ব্বষাঢ়া |
|---|---|
| যে যো ভা ভি | ভু ধা ফ ঢ়া |
| **২১ উত্তরষাঢ়া** | **২২ শ্রবনা** |
| ভে ভো জ জি | জু জে জো খ |
| | খি খু খে খো |
| **২৩ ধনিষ্ঠা** | **২৪ শতভিষা** |
| গ গি গু গে | গো শ শি শু |
| **২৫ পুর্ব্বভাদ্রপদ** | **২৬ উত্তরভাদ্রপদ** |
| শে শো দ দি | দু থ ঝ ঞ |

**২৭ রেবতী**

দে দো চি তু

ভরণী, মঘা, অশ্বিনী, পূর্ব্বষাঢ়া অমসুং পুর্ব্বভাদ্রপদ নক্ষত্র ৫ অসিবু উগ্র ওইবা কাংলুপ কৌই। মথোই অসিগী মরক্তা অমগী নাক্তা থানা লৈরিবদা পোকপ। মীদি উগ্রস্বভাব ওই, সাওগল্লি। অঙম অরাই থংদে, মপুক খাই অমসুং অসি অসিগুম্বা থবক তৌগে হায়রবসু নক্ষত্রশিংসিনা পানবদা তৌবা ফৈ।

রোহিনী, উত্তরফল্গুনী, উত্তরাষাঢ়া অমসুং উত্তরভাদ্রপদ নক্ষত্র ৪ অসিবু ধ্রুবগনগী কাংলুপ কৌই। মথোই অসিদা থানা লৈরিবদা পোকপা মীদি মপুক চেৎলি অমসুং লেংদবা হোং-লোইদবা থবক তৌবা ফৈ।

পুনর্ব্বসু, শ্রবনা, ধনিষ্ঠ অমসুং শতভিষা নক্ষত্র ৪ অসিবু **চরগনগী** কাংলুপ কৌই। মথোই অসিনা পানবদা পোকপা মীনা মথ্‌ন য়াংবা, চৎকনবা, তুমিন্না লৈগন্দবা ওই; মাহুগুম্বা থবক তৌবসু ফৈ।

অশ্বিনী, পুষ্যা অমসুং হস্ত নক্ষত্র ৩ অসিবু **লঘুগনগী** কাংলুপ কৌই। মসিদা পোকপা মীদি তয়ং তসোই অদুনা তয়াং তসোইবা থবক তৌবসু ফৈ।

মৃগশিরা, চিত্রা, অনুরাধা অমসুং উত্তরভাদ্রপদ নক্ষত্র ৪ অসিবু **মৃদুগনগী** কাংলুপ কৌই। মসিদা পোকপা মীদি লীচৎ তমেং তমেংই, অনৌ অপেৎ অমেংবা থবক; অসিগুম্বা থবক তৌবা ফৈ।

আর্দ্রা, অশ্লেষা, জ্যেষ্ঠ অমসুং মূলা নক্ষত্র ৪ অসিবু **তীক্ষ্ণ-গনগী** কাংলুপ কৌই। মসিদা পোকপা মীদি থোই, মচিন থোৌবা থবক তৌবা পকনৈ।

কৃত্তিকা অমসুং বিশাখা নক্ষত্র ২ অসিবু **মিশ্রগনগী** কাং-লুপ কৌই। মসিদা পোকপা মীদি মেংই অমসুং থেংই হায়বদি অনিমক য়াংথাইনৈ। থবকসু মদু তৌবা ফৈ।

ভরনী, কৃত্তিকা, অশ্লেষা, মঘ, পূর্ব্বফলগুনী, বিশাখা, পূর্ব্ব-ষাঢ়া, পূর্ব্বভাদ্রপদ অমসুং শতভিষা নক্ষত্র ৯ অসিবু **অধোমুখ-গনগী** কাংলুপ কৌই। মসিদা পোকপা মীদি মমাই লুক্কা চৎলি অমসু মথোইনা পানবা মতমদা মহৈ ভম্বা হৌবা ফৈ, দেবতাদা অর্ঘ্য কৎপা ফৈ অমসু লৈপাক তৌবা হৌবা ফৈ।

রোহিনী, আর্দ্রা, পুষ্যা, উত্তরফলগুনী, মূলা, উত্তরাষাঢ়া, শ্রবনা, ধনিষ্ঠা অমসুং উত্তরভাদ্রপদ নক্ষত্র ৯ অসিবু **ঊর্দ্ধমুখ-গনগী** কাংলুপ কৌই। মখোই অসিদা পোকপা মীদি চৎপদা মমাই লোংখৎনা চৎলি। মখোইনা পানবা মতমদা একখোৎপা হোবা, ছাতিন, য়ুম, মন্দির, কুমৈসং, নিংথৌগী সঙ্গাই, সনাখোং অমসুং চেকপন সাবা হোবা ফৈ।

অশ্বিনী, মৃগশিরা, পুনর্ব্বসু, হস্তা, চিত্রা, স্বাতী, অনুরাধা জ্যেষ্ঠ অমসুং রেবতী নক্ষত্র ৯ অসিবু **পার্শ্বমুখগনগী** কাংলুপ কৌই। মসিদা পোকপা মীদি নাকএৎতা এংগল্লি। নক্ষত্রশিং অসিনা পানবদা যন্ত্র. রথ, হি, উত্তাম শাবা, য়ুম শংকাবা অমসুং শগোল শামু যন ইরোই গাধা লাকপা, অহানবা শিঙ্জিন্নবা হোবা ফৈ।

মৃগশিরা, পূনর্ব্বসু,, হস্তা, মূলা, শ্রবনা নক্ষত্র ৬ অসিবু **পুংগন** কৌই। গর্ভগী অঙাংবু নিপা ওইনবা পূজা তৌবা ফৈ।

রোহিনী, পুষ্যা, অশ্বিনী, বিশাখা, পূর্ব্বষাঢ়া, ধনিষ্ঠা অমসুং রেবতী নক্ষত্র ৭ অসিবু **অন্ধক** কৌই।

মৃগশিরা, অশ্লেষা, কৃত্তিকা, অনুরাধা, শতভিষা অমসুং অশ্বিনী নক্ষত্র ৬ অসিবু **মন্দলোচন** কৌই।

পূনর্ব্বসু, মঘা, চিত্রা পুষ্যা, পুর্ব্বভাদ্রপদ অমসুং ভরনী নক্ষত্র ৬ অসিবু **মধ্যলোচন** কৌই।

পুনর্ব্বসু, অশ্বিনী, স্বাতী, অশ্লেষা, শ্রবনা, উত্তরভাদ্রপদ অমসুং কৃত্তিকা নক্ষত্র ৭ অসিবু **সুলোচন** কৌই।

পোৎ হুখিবা মাংখিবা মুমিৎ অতুদা পানবা নক্ষত্র অতু—

**অন্ধক্ষা** ওইরগা থূনা ফংই,

**মন্দলোচন্দা** ওইরগা ৱানা ফংই,

**মধ্যলোচন্দা** ওইরগা পাউদি তাই পোৎতি ফংদে,

**সুলোচন্দা** ওইরগা পাউ ফাওবা তাদে।

**নক্ষত্রদা পক্লবা এংবা**

| | |
|---|---|
| ১ ॥ ৫ ॥ ৭ ॥ ৮ ॥ ১৩ ॥ ১৫ ॥ ১৭ ॥ ২২ ॥ ২৭ | দেব |
| ২ ॥ ৪ ॥ ৬ ॥ ১১ ॥ ১২ ॥ ২০ ॥ ২১ ॥ ২৫ ॥ ২৬ | মনুষ |
| ৩ ॥ ৯ ॥ ১০ ॥ ১৪ ॥ ১৬ ॥ ১৮ ॥ ১৯ ॥ ২৩ ॥ ২৪ | রাক্ষস |

| | |
|---|---|
| ১৯ ॥ ২০ ॥ ২১ ॥ ২২ ॥ ২৩ ॥ ২৪ ॥ ২৫ ॥ ২৬ ॥ ২৭ ॥ ৬ ॥ ৫ ॥ ৪ | পুং |
| ৭ ॥ ৮ ॥ ৯ ॥ ১০ ॥ ১১ ॥ ১২ ॥ ১৩ ॥ ১৪ ॥ ১৫ ॥ ৩ ॥ ২ ॥ ১ | স্ত্রী |
| ৬ ॥ ১৬ ॥ ১৭ ॥ ১৮ | ক্লীব |

| | |
|---|---|
| ১ ॥ ২ ॥ ৯ ॥ ১০ ॥ ১৬ ॥ ১৯ ॥ ২৭ ॥ | অগ্নি নক্ষত্র |
| ২০ ॥ ২১ ॥ ২৪ ॥ ২৫ ॥ ২৬ ॥ ৩ ॥ ০ ॥ | জল নক্ষত্র |
| ৫ ॥ ৭ ॥ ৮ ॥ ১১ ॥ ১২ ॥ ১৩ ॥ ১৪ ॥ ১৫ ॥ | বায়ু নক্ষত্র |
| ৪ ॥ ৬ ॥ ১৭ ॥ ১৮ ॥ ২২ ॥ ২৩ ॥ | মহেন্দ্র নক্ষত্র |

| | | | |
|---|---|---|---|
| অগ্নি নক্ষত্রগা পক্লবদি | ১ | অগ্নি | নক্ষত্র |
| | ২ | জল | ,, |
| | ৩ | বায়ু | ,, |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| জল | .নক্ষত্রগা পক্লবদি | ১ | অগ্নি | নক্ষত্র |
| | | ২ | জল | ,, |
| | | ৩ | মহেন্দ্র | ,, |
| বায়ু | ,, ,, | ১ | অগ্নি | নক্ষত্র |
| | | ২ | বায়ু | ,, |
| | | ৩ | মহেন্দ্র | ,, |
| মহেন্দ্র | ,, ,, | ১ | জল | নক্ষত্র |
| | | ২ | বায়ু | ,, |
| | | ৩ | মহেন্দ্র | ,, |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | অশ্বিনী | গা | ২৪ | শতভিষা | — | শগোন |
| ২ | ভরনী | ,, | ২৭ | রেবতী | — | শামু |
| ৩ | কৃত্তিকা | ,, | ৮ | পুষ্যা | — | য়াও |
| ৪ | রোহিনী | ,, | ৫ | মৃগশিরা | — | লিন |
| ৬ | আর্দ্রা | ,, | ১৯ | মূলা | — | হুই |
| ৭ | পুনর্ব্বসু | ,, | ৯ | অশ্লেষা | — | হোদোং |
| ১০ | মঘা | ,, | ১১ | পূর্ব্বফল্গুনী | — | উচি |
| ১২ | উত্তরফল্গুনী | ,, | ২৬ | উত্তরভাদ্রপদ | — | ষন |
| ১৩ | হস্ত | ,, | ১৫ | স্বাতী | — | ইরোই |
| ১৪ | চিত্রা | ,, | ১৬ | বিশাখা | — | কৈ |
| ১৭ | অনুরাধা | ,, | ১৮ | জ্যেষ্ঠা | — | শজি |
| ২০ | পূর্ব্বষাঢ়া | ,, | ২২ | শ্রবনা | — | য়োং |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ২১ উত্তরষাঢ়া | গা | * অভিজিৎ | --- | খৈরোই |
| ২৫ ধনিষ্ঠা | ,, | ২৫ পুর্ব্বভাদ্রপদ | -- | নোংশা |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| শগোন | গা | ইরোই | গা | পক্লদে |
| শামু | ,, | নোংশা | ,, | ,, |
| য়াও | ,, | য়োং | ,, | ,, |
| লিন | ,, | খৈরোই | ,, | ,, |
| হুই | ,, | শজি | ,, | ,, |
| হৌদোং | ,, | উচি | ,, | ,, |
| যন | ,, | কৈ | ,, | ,, |

—( • ) –

## মিংদা পক্লবা য়েংবা

নিপা মুপী মমিংগী ময়েক তিনশিনবদা ৫ না য়েনবগী ফলদি :—

| | | |
|---|---|---|
| ১ লেম্বা | — | চক্ফু |
| ২ ,, | — | ইরান |
| ৩ ,, | — | থাবৈ |
| ৪ ,, | — | চেগপ |
| লেমদ্রগা | — | শুমজিৎ |

—: :—

* অভিজিৎ ২২ গা ২৩ গগী মরক্তা লৈবা নক্ষত্রনি।

## মৈতৈগী পরুবা য়েংবা

মৈতৈগী মপোক থা অমসুং মপোক মুমিত্তা য়েংই মাহুদি— অহানবদা সজিভুনচিংবা থা ১২গী নিংথৌ ওইবা মুমিত্তগী মপোক মুমিৎ ফাওব। থিরগা অফংবা মশিং অহুবু "নিংথৌ" "লৈমা" "অঙাং" "মীনাই" "পীবা" "পণ্ডিত" অমসুং "মহেন্দ্র" হায়না থিগনি। মাগী মপোক মুমিত্তা তাবা মিং অহুগী সাজং অহু মী অহুনা ইসোই সোইদনা তৌই। মাসুন্না নিপা মুপীগী সাজং অহু থংলগা তিন্নবা য়াগনি য়ারোই থংবা ঙমই।

**থাগী নিংথৌদি** — চান্দ্র চত্রবু মৈতৈনা সচিভু থা কৌই মাহুদা লৈপাকপোকপনা নিংথৌ ওই। মথংগী থাদনা মুমিত্তা অমা হঙ্গত্তুনা নিংথৌকাবনা নিংথৌ ওই। মাসুন্না মথং মথং থা ১২ শুনা খঙনগনি হায়বদি :—

| থা | | থাগী নিংথৌ |
|---|---|---|
| সজিভু | — | লৈপাকপোকপা |
| কালেন | — | নিংথৌকাবা |
| ইঙা | — | নোংমাইজিং |
| ইঙেন | — | থাংজ |
| থবাল | — | ইরাই |
| লাংবন | — | শগোনশেন |
| মেরা | — | য়ুমশকৈশা |
| হিয়াঙ্গৈ | — | লৈপাকপোকপা |
| পোইন্নু | — | নিংথৌকাবা |

| থা | | থাগী নিংথৌ |
|---|---|---|
| বাকচিং | — | নোংমাইজিং |
| ফাইরেন | — | থাংজ |
| লমতা | — | ইরাই |

**থুদম ঃ—** কালেন থাগী লৈপাকপোকপদা পোকপদি লৈমদা পোকই।

## মপোক নুমিত্তা তাবা মিং অদুগী সাজত্তি ঃ—

**নিংথৌদা** পোকপা মীদি চাওথোকই, নুংঙাইনিংই, মথুংনা থবক তৌবা পামদে সাদোং ফংই। মথোংনা চৎপা পাংদে, মীনা লুনা তৌই মতুংদা মীনা য়েংনিংদে। ঐগী মীগী নাইনা চৎলি। মী সিজিন্নবা পামই। নংবা মতমদা য়াম্না নংই নুঙাইবা মতমদনা য়াম্না নুঙাই।

**লৈমদা** পোকপা মীদি ইমুং লোইসিনবা খনজিনবা চানথক্লবা হোৎনবা পামই। থবক তৌবদা রা ঙাংই, শেনকুপ থুমকুপ পাগল্লি। শেল য়াম্লগা মশিং মফম মরাং খংদে। মচামস্তু রারক রাতেম্বা পামই।

**অঙাংদা** পোকপা মীদি তয়াং তসোই, মথুন ময়া য়াংই, খিঙ খিঙ লাওই, মপিক তিংই, রারেম ঙাংই, নিপাদি তল্লি নুপী ওইরগা কেথোকই॥

**মীনাইদা** পোকপদি এলহৌভৈদ। নংই তোলোইদা অরাবা কোকই। মীনা মাবু শিজন্ননিংই, মীগী থবক তৌবদা মাং তুং নাই, মীনা সীংথানদে। য়াম্না নোমই। পুক্লিং পোমই।

**পীবাদা** পোকপদি মী তুংই, মী খোল্লি, লিখংলি, তল্লি, চাওথোকই, পাংথোকচাল্লি, ঝারেম থৌরেম চবেং চবেং ঙাংগল্লি, মুমিৎ চুপ্পা মীবু খংউ হায়বগী মতা ওইনা তৌই।

**পণ্ডিত্তা** পোকপদি হনচক ঙাচক শাই, মুমিৎ চুপ্পা হৈথোই সিংথোইবা সাই, ঝারক থৌরক য়াওগল্লি লৌশিং চাওই॥

**মহেন্দ্রদা** পোকপদি য়াম্না ফৈ, থক-খা তুনা পাল্লি মচীন মনাওনা লুনা তৌই চক্রী ফত্তে চাওথোকই॥

**মপোক পক্লবা এংবা ঃ—** মশেন লৌনবা ফত্তে, লোক অমদা কৈ অনি কুনগুম থোকই। পরেং লৈরিবা অসি নিপানা মথক থংবা ফৈ, মুপিনা মথক থংসবদি ফত্তে থাইনৈ। মুপিনা নিংথৌদা পোক্লবদি মরা ময়ুমদা চন্নদে মপামদা লৈগল্লি।

( মাসুম্না এংবসিনা আত্মানে অন্তকরননে অনি তিন্ন-ররা এংবনি )

—ঃঃ—

### মপোক নুমিত্তা পক্লবা য়েংবা খরা

**নোংমাইজিংগা নিংথৌকাবগা** অনিমক্তি নোংশাগা লিনগনি ; মাং-তাকনৈ।

**নোংমাইজিংগা লৈপাকপোকপগা** অনিমক্তি নিংবা মরাং কায়এ।

**নোংমাইজিংগা থাংজগা** অনিমক্তি লাকপদা শিদ্রবদি তুংদা মহৈ চাই, ইনাক খুল্লি।

**নিংথৌকাবগা লৈপাকপোকপগা** অনিমক্তি কৈগা লিনগনি ; চাগল্লে, লন তুংদে, মচা ২/৩ শুরগা লনগী মপু ওইয়ে ; তুংদা মহৈ চাইয়ে।

**নিংথৌকাবগা য়ুমশকৈশগা** অনিমক্তি কৈগা সতুংগনি, মৈগা মুংশিংকা য়েনবগুম্বনি ; তুংদা মহৈ চায়ে।

**নিংথৌকাবগা শগোনশেনগা** অনিমক্তি কৈগা শামুগনি; ফৈয়ে !

**নিংথৌকাবগা ইরাইগা** অনিদি কৈগা গুরুগনি ; থংন-গল্লি তুংদা ইনাক থুল্লি।

**নিংথৌকাবগা থাংজগা** অনিমক্তি কৈগা উচিগনি ; ফৈ, পুন্সিএ, চিঙ্গাক রাস্তে।

**লৈপাকপোকপগা লৈপাকপোকপগা** অনিমক্তি ফত্তে।

**লৈপাকপোকপগা য়ুমশকৈশগা** অনিমক্তি ব্রহ্ম ৭ কি মত্তিকনে ; ফৈয়ে, কৈগা নোংশাগা চানদে থাইনৈ।

**লৈপাকপোকপগা ইরাইগা** অনিমক্তি নোংশাগা গুরু-গনি ; সোল্লি, লাইথুং থুংই, লন লৈতে।

**লৈপাকপোকপগা থাংজগা** অনিমক্তি নোংশাগা উগনে ; মপোক অহুম্লক তিম্নরকপনে ফৈএ, নোংশাগা সতুংগা মপোক ২রক্রী।

**য়ুমশকৈশগা থাংজগা** অনিমক্তি লিনগা সতুংগনি ; ফত্তে, পুন্সিদে।

**শগোনশেনগা থাংজগা** অনিমক্তি লিনগা শামুগনি ; থুনা মহৈ চাইয়ে, তুংদা লন ময়েং তায়ে।

**ইরাইগা থাংজগা** অনিমক্তি ফত্তে।

---

## রাশি ১২গী নিপাগা নুপীগী অফবা ফত্তবা

লোন লৈনগদবা নিপা নুপীনা মিন নচিংদুনা রাশি অনি অনিদা য়ুম্বান্নবা অফবা মহৈ ওই মতুদি :–

১। মিন + মেষ = পুন্সিবা, সম্পত্তি,
২। বৃষ + মিথুন = মচা, চাবা রাত্তবা, সম্পত্তি,
৩। কর্কট + সিংহ = মচা, মরন, সম্পত্তি,
৪। কন্যা + তুলা = মপুরোইবগী নুঙাইবা, সম্পত্তি
৫। বৃশ্চিক + ধনু = লাইবক ফবা, সম্পত্তি,
৬। মকর + কুম্ভ = মচাক মরন-মফৌ, সম্পত্তি।

মেষ নচিংদুনা অনি অনিনা সোইদনা লাইরবা ওই অতুগা য়াম্না রাবা ওই, মতুদি :—

১। মেষ + বৃষ = লুথ্রা
২। মিথুন + কর্কট = শিবা,
৩। সিংহ + কন্যা = হাংপা,
৪। তুলা + বৃশ্চিক = অফাঅপুল,
৫। ধনু + মকর = কাইনবগী অরাবা,
৬। কুম্ভ + মিন = য়াম্না রাবা ॥

মিকুপ লোথোক লোশিন

## রাশি ১২ দা নিপাগা নুপীগা পক্কবা

| নিপা | | নুপী |
|---|---|---|
| মেষ | — | ১ মিন, ২, মেষ, ৩ মিথুন, ৪ কর্কট, ৫ মকর, ৬ কুম্ভ । |
| বৃষ | — | ১ মিথুন, ২ বৃষ, ৩ কর্কট, ৪ সিংহ. ৫ বৃচ্ছিক, ৬ কুম্ভ, ৭ মিন। |
| মিথুন | — | ১ বৃষ, ২ মিথুন, ৩ সিংহ, ৪ কন্যা, ৫ মিন, ৬ মেষ । |
| কর্কট | — | ১ সিংহ, ২ কর্কট, ৩ কন্যা, ৪ তুলা, ৫ মকর, ৬ মেষ, ৭ বৃষ । |
| সিংহ | — | ১ কর্কট, ২ সিংহ, ৩ তুলা, ৪ বৃশ্চিক, ৫ বৃষ, ৬ মিথুন |
| কন্যা | — | ১ তুলা, ২ কন্যা, ৩ বৃশ্চিক, ৪ ধনু, ৫ মিন, ৬ কর্কট। |
| তুলা | — | ১ কন্যা, ২ তুলা, ৩ ধনু, ৪ মকর, ৫ কর্কট, ৬ সিংহ। |
| বৃশ্চিক | — | ১ ধনু, ২ বৃশ্চিক, ৩ মকর, ৪ কুম্ভ, ৫ বৃষ, ৬ সিংহ ৭ কন্যা। |
| ধনু | — | ১ বৃশ্চিক, ২ ধনু, ৩ কুম্ভ, ৪ মিন, ৫ কন্যা, ৬ তুলা। |

| নিপা | | নুপি | |
|---|---|---|---|
| মকর | — ১ কুম্ভ, ২ মকর, | ৩ মিন, | ৪ মেষ, |
| | ৫ কর্কট ৬ তুলা, | ৭ বৃশ্ছিক। | |
| কুম্ভ | — ১ মকর, ২ কুম্ভ, | ৩ মেষ, | ৪ বৃষ, |
| | ৫ বৃশ্চিক, ৬ ধনু। | | |
| মিন | — ১ মেষ, ২ মিন, | ৩ বৃষ, | ৪ মিথুন, |
| | ৫ কন্যা, ৬ ধনু, | ৭ মকর। | |

## রাশি ১২দা নুপীগা নিপাগা পক্নবা

| নুপী | | নিপা | |
|---|---|---|---|
| মেষ | — ১ মিন, ২ মেষ, | ৩ মিথুন, | ৪ কর্কট, |
| | ৫ মকর। | | |
| বৃষ | — ১ মিথুন ২ বৃষ, | ৩ কর্কট, | ৪ সিংহ, |
| | ৫ বৃশ্চিক, ৬ কুম্ভ, | ৭ মিন। | |
| মিথুন | — ১ বৃষ, ২ মিথুন | ২ মেষ, | ৪ সিংহ |
| | ৫ মিন। | | |
| কর্কট | — ১ সিংহ, ২ কর্কট, | ৩ মেষ | ৪ বৃষ, |
| | ৫ কন্যা, ৬ তুলা, | ৭ মকর। | |

| নপী | | নিপা |
|---|---|---|
| সিংহ | — | ১ কর্কট, ২ সিংহ, ৩ বৃষ, ৪ মিথুন, ৫ তুলা, ৬ বৃশ্চিক। |
| কন্যা | — | ১ তুলা, ২ কন্যা, ৩ মিথুন, ৪ কর্কট, ৫ বৃশ্চিক, ৬ ধনু, ৭ মিন। |
| তুলা | — | ১ কন্যা, ২ তুলা, ৩ সিংহ ৪ কর্কট, ৫ ধনু, ৬ মকর। |
| বৃশ্চিক | — | ১ ধনু, ২ বৃশ্চিক ৩ সিংহ, ৪ বৃষ, ৫ কন্যা, ৬ মকর, ৭ কুম্ভ। |
| ধনু | — | ১ বৃশ্চিক, ২ ধনু, ৩ কন্যা, ৪ তুলা, ৫ কুম্ভ, ৬ মিন। |
| মকর | — | ১ কুম্ভ, ২ মকর, ৩ মেষ, ৪ কর্কট, ৫ তুলা, ৬ বৃশ্চিক, ৭ মিন। |
| কুম্ভ | — | ১ মকর, ২ কুম্ভ, ৩ মেষ, ৪ বৃষ, ৫ বৃশ্চিক ৬ ধনু। |
| মিন | — | ১ মেষ, ২ মিন, ৩ বৃষ ৪ মিথুন, ৫ কন্যা, ৬ ধনু, ৭ মকর। |

মথক্তা হায়ব্বিবা ব্রাশিশিং অসি তানাব্রবদি অয়াম্বা ফত্তবা ফল কোকই, য়াম্না ফৈ ॥

—:( ):—

## ভাব ( য়ুমফম) ১২ দা এং্গদবা

**১বা য়ুম—** কোক, শক, কুচু, অনেম অৱাং, অনোই অকংনচিংবা হকচাংগী চাং, চাবদা হৈনগদবা মহাও, মরৈপাক্তা ফঙ্গদবা অমসুং মীয়ৈপাক্তা ফঙ্গদবা ভাগ্য, ইপাপোকপা ইপু, ইমাপোকপা ইপু ; মখোইসি লগ্নদা এংগনি হায়বদি লগ্নগী মপুনা অমসুং শুভগ্রহনা লৈরবা অমসুং এংলবদি হায়বশিংহু ফৈ নত্রবদি ফণ্ডে মাহুদা অমোক খঞ্জনগদবদি শুভগ্রহ অহুনা মী অহুগী ফত্তবা মফমগী মপু ওইরবা অমসুং ফত্তবা মফমদা লৈবা মাহুগুম্না ফত্তবা অবস্থা ওইরবদি ফত্তবা ওইগনি, মাহুম্না ভাবপতিদসু বিচার তৌগদবনি, মাসি অতৈদসু থংনগনি। **২বা য়ুম-** চীন, ৱাঙাং, মীৎ, নাকোং, ইমুং মমুংগী মী, লেংদবা সম্পত্তি, লনগৈ, চাবদা হৈনবা মহাও, মতুগী লাইনাবু এংগনি। **৩বা য়ুম** - খৌরি, পাম্বোম, মহাক্না থাক্কদবা মী, মহাক্কী মীচং, মীনাই, মচিন মনাওদগী ওইগদবা অৱাৰা মুঙাইবা মনাওনিপা পোকমিন্নবা, থৌনা, খোঞ্জেল ফবা ফত্তবা, ধর্ম্মা, ৱারি তাবা, মপন মখুৱা মতু, মামগী মতু, মপাগী শিবা মখোই অসিগী য়েংগনি। **৪বা য়ুম** - থমোই, ʼমুংঙাইবা, য়ুম, মাৱ ফনবা তৌবা, মী লৌরি-ইমফম, সাদোং পুথ্রীনচিংবা, বুদ্ধি লৌশিং, মপুক তিংবা থোইবা মখোই অসিগী মরম য়েংগনি। **৫ বা য়ুম-** পুক, মচা নিপা মুপী, লাইমিং লৌবা, লম্বোইবা, লাই-নিংবা, ওঝা থনবা, লাই লাৎপগী মরমদা মানা পামগদবা লাই, মহৈ, কাওগনদবা, ৱারেং, কবিগী মতৌ, মাগী থংনবা মনাও অসি এংগনি। **৬ বা য়ুম-** খোইদৌ, নাকন, শ্রেগ্রাক, হকচাংদা

খুৎলাইনচিংবনা শোকপনবা, এক্কবা অয়োকপা, অয়োইবা শা-ষন নচিংবা, মাম, শাগৈ, লোন্নবী মমা অসি এংগনি। ৭ বা য়ুম- পীন্নাই, মতু, রতিগী পাঙ্গন, লসোনবা, রাখৎনবা, লমচৎপা, শিবা অসি এংগনি। ৮বা য়ুম- অথিবম অতুদা লৈবা লাইনা, খৎনবগীদমক চাদিং তৌগদবা লন, ফাদোক তাবগী মরম, শেন পুথোকপা অমস্তুং পুবা, মিংথিবগী মরম, কাইনবগী অরাবা, অকিবা, মহাক্কী মীনা শিরগা ফংহৌগদবা লন, শিবা অসি এংগনি। ৯ বা য়ুম-ফেবোম, খোং ওই, ভাগ্য ফল, তীর্থ চৎপা, ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌবা, মনাও মতু, মশেল মবাই, মণ্ডাশুবা মনাও, মপা, গুরুভক্তি, সণ্ম নবু এংগনি। ১০ বা য়ুম- নঙ্গল, খুকউ, মানা পানগদবা সম্পতি, চাওখৎপা, জীবিকা, মিংচৎ, প্রতাপ, থাগৎনবা থবক, সণ্মান, মীনা উপায় সহায় তৌগদবা, ফমনাইবা, চাওখৎপা অসি এংগনি। ১১ বা য়ুম- খুবোম, খুৎ ওই, ময়াম্বা অহন, মমৌ, ওইজবা ওইজদবা, মচা নুপীগী মরা, দোলাই তোংবা অসি এংগনি। ১২ বা য়ুম- খোং অনি, মপাগী মচিন মনাও, দণ্ড, ফাদোক লৈবা, মীগী মরন সিজন্নবা, ইঞ্জিনিয়ারগী থবক পুম্বা, ওইথংবা মীৎ, থবক তৌফম খংদবা, চাদিংগী মরম অসি মফম অসিদা এংগনি।

৬ শুবদা এক্কবগা হকচাং শোকপনবগী অনাবনু, অষ্টমদা শিবগা পাপকা অনিবু ১২ দা চাদিংবু বিচার তৌবদি ওন্ন'তননা তৌগনি হায়বদি মপুনা লৈবা এংবা, শুভগ্রহনা লৈবা এংলগা মখোই ফল অনাবা অসিনচিংবগী মাংবা ওই, অশুভগ্রহগী লৈবা এংবানা অনাবুনচিংবগী হেনগৎপা ফত্তবা ওই।

## ভাবপু অফবা ফত্তবা এংবা

ভাবতা ভাবপতি নত্রগা শুভগ্রহনা লৈবা নত্রগা ভাবপতিনা নত্রগা শুভগ্রহনা এংবা অতু ওইরবদি ভাব অতু ফৈ।

ভাব অতুদা পাপ গ্রহনা লৈবা, পাপ গ্রহনা এংবা অতু ওইরবদি ভাব অতু ফত্তে।

ভাবপতিনা সবল ওইরবা নত্রগা শুভগ্রহগা লৈমিন্নরবা অতু ওইরবদি ভাব অতু ফৈ।

ভাবপতিনা ভাবকী কেন্দ্র, ত্রিকোনদা লৈরবদি হায়বদি ভাব অতুদা ৪, ৫, ৭, ৯ অমস্তুং ১০ দা লৈরবদি ভাব অতু ফৈ।

ভাবপতিনা দুর্বল ওইরবা নত্রগা পাপ গ্রহগা লৈমিন্নবা অতু ওইরবদি ভাব অতু ফত্তে।

ভাবপতিনা ফত্তবা মফমদা হায়বদি ভাবকী ৬, ৮ অমস্তুং ১২ শুবদা লৈরবদি ভাব অতু ফত্তে।

ভাবপতিনা ভাবতগী ২, ৩ অমস্তুং ১২ দা লৈরবদি ভাবপতিগী ফত্তবা ফলবু হেনগৎহল্লি। ভাবপতিনা ফররবদি মাগী অফবা ফলদা পুক্লিংগী অকাইবা পী।

—:—

## চান্নবা য়েংবা

"মী অনিবু চান্নগদরা" এংগে হায়রবদি মী অমগী কুঠীগী কুণ্ডলীদা মী অমগী চন্দ্রবু মহাক্না লৈবা রাশিদা অংশনা খুদম ওই-হনা হাপ্লগা এংগনি। মাহুম্না এংবদা মথাদা ইরিবা মথন মরি অসি এংগনি।

(ক) কোম্না চংলকপা চন্দ্রনা হান্না লৈরম্বা রবি চন্দ্র লগ্ন অমসুং লগ্নপতিগা সম্বন্ধ থোক্নবা নক্ষত্রগা শুভ প্রেক্ষা তৌনরবদি মী অনিহু চান্নে মুংশিনৈ অমসুং পান্নৈ।

(খ) কোম্নগী চন্দ্রগা হায়খ্রবা রবি চন্দ্র লগ্ন অমসুং লগ্নপতিগা অশুভ প্রেক্ষা তৌনরবদি মুংশিনদে চান্নদে অমসুং পামনদে।

(গ) মথক্তা হায়রিবা অনিমক থোক্নদ্রবদি থৌওইদে। হায়বদি পাম্বসু পামদবসু তৌদে, উপেক্ষা তৌই।

(ঘ) লগ্নপতিনা পাপ গ্রহ ওইরবদি মাগা সপ্তম থোক্নবা ফত্তে।

মী মী ওইবগী ব্যক্তিত্ব অহুম্নি মাহুদি (১) মহাক্কী অম্মাগী মতৌ অমা মাহুবু রবিনা ফোংদোকই। (২) মহাক্কি পুক্নিংগী মতৌ অমা মাহুবু চন্দ্রনা ফোংদোকই। (৩) মহাক্কী হকচাংগী মতৌ অমা মাহুবু লগ্ননা ফোংদোকই।

অহুনা অমগী পুক্নিংগা অমগী আত্মাগা চান্নরবদি ইখ্রাই-মক্তগী ইহেন হেল্লি। অহুনা অমগী চন্দ্রগা অমগী রবিগা চান্নরবদি অতৈ চন্দ্র, লগ্ন, লগ্নপতিগী চান্নবদগী য়ান্না কনবা অমগী চন্দ্রগা রবিগবু পক্নরবদি অতৈগা এংদবসু য়াই।

——:(০):——

# নৈপুন

সপ্তম ভাবপতিনা লৈবা ভাবকী মায়কৈদগী নিপাগী মুপী অমসুং মুপীগীনা নিপা লৌনৈ। মাদু নত্রগা কুণ্ডলীদা শুক্রনা লৈবা রাশিদগীনা তরেৎশুবা রাশিগী মপুনা লৈবা ভাবকী মায়-কৈদগী নিপাগীনা মুপী অমসুং মুপীগীনা নিপাগা য়ুম্বান্নে।

সপ্তমপতিনা লৈবা রাশিনা নিপাগীনা মতুগী, মুপীগীনা মবাগী জন্মরাশি ওই। সপ্তমপতিগী উচ্চ অমসুং নীচ্চ রাশিনা ওই। অমসুং সপ্তমপতিনা লৈবা নবাংশ রাশিগী ত্রিকোনদসু নিপাগীনা মুপী, মুপীগীনা মবাগী জন্মরাশি ওই।

লগ্নগী নত্রগা চন্দ্রগী মাপনশুবা মফমদা নিপাগীনা মতুগী মুপীগীনা মবাগী জন্ম লগ্ন ওই।

লগ্ন নত্রগা চন্দ্রনা লৈবা রাশিদা মুপীগীনা মবাগী নিপা-গীনা মতুগী জন্ম লগ্ন ওই।

হায়থ্রবা রাশি অসি থোক্লবদি মচা ধারা লৈ থোক্লদ্রবদি মচা ধারা লৈতে।




 মিরুপৈ থোক লৌশিন

লাইরিক ফংফম :—

(১) ইম্ফাল বুক হাউস,
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

(২) ত্রাইও বুক ষ্টোরস
লম্মি বাজার, ইম্ফাল।

পাবিয়ু

উইলিয়ম সেক্সপিয়ারগী ড্রামা

"ভেরোনাগী পুকচেল চাউবা অনি"

মণিপুরিদা ইবা থিয়াম নরেন্দ্র সিংহ

মমল লুপা ৫

মথংদা ফোংজরগনি :—

"কেগে হারেপ্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা"

অইবা— টুড়েশ্বর

---

নম্ফম:— অলোকা প্রিন্টর্স এণ্ড ষ্টেসনরস, থাঙ্গাল বাজার, ইম্ফাল।